মহাকবি কালিদাসগী

# মালবিকাগ্নিমিত্র

মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা

---

হন্দোকচবা অমসুং কোঙ্ঘোকচবা

**শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা**

কাব্যব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ, গোল্ডমেডালিষ্ট।

ভূতপূর্ব অধ্যক্ষ, ইম্ফালটোল (গবর্ণমেন্ট)

মমল ২.৫০

# য়াহৌদোক

মাটক অসি কবিগুরু কালিদাসগী কলমদগী শিন্নরকপা থোইদোকপা নাটক অমনি। নাট্যজগৎ অসিদা অমোবা ঈহল পুরকপা "অভিজ্ঞান শকুন্তলা" কৌবা কালিদাসগী নাটক অমদি লৈদ্রমন্ত্র "মালবিকাগ্নিমিত্র" নাটক অসি অতোপ্পা কবি কয়াগী নাটকতগী হন্থবদি মত্তে হায়না কাব্যগী রস থগবশিংনা হায়নৈ।

নাটক অসিদা অঙ্ক মঙা লৈ, শৃঙ্গার রসনা মপুঙফনি, বিদিশা কোন্নুংগী মপু অগ্নিমিত্র মিংথোনা ম্যায়কনি, মালবকী মপু মাধবসেনগা পোকমিন্নবী মালবিকানা নায়কনি, ধারিণী কৌবী মহারাণী অমসুং রাণী ইরাবতীনা প্রতিনায়িকানি, বিদূষকমচিংবশিংনা শৃঙ্গাররসগী তেংবাংবনি, অতৈ রসশিংনা মশানি।

নাটক অসিগী থৌদোকতি মসিনি—মালবকী মপু মাধবসেননা অগ্নিমিত্রদা মচমনুপী কংলগে থজরুনা মাগী লুচোংবগী থবক অদু পাংথোক্লিঙরুনা লাকপদা মাগী মথুরাগী মচানিপা যজ্ঞসেননা ময়রক্না ফায়গা কারাগারদা থমখি। মহাকী মন্ত্রী সুমতিনা মাধবসেনগী মচমনুপী মালবিকাবু লোম্না থৈদোক্লগা মাগা পোকমিন্নবী কৌশিকীগা লোয়ননা বিদিশাদা থোংশাল্লিবা লম্লোনবশিংগা থোকবু ওইরুনা অগ্নিমিত্রদা মাবু (মালবিকা) কথোককে মীংলরুনা থোংশানখি।

মতুঙদা উমংগী লম্বীদা অথেঙবা অহীংদা মথোয় অদুগা তুমিন্ন-রিবৈদা ডাকুশিংনা ফুজিন্নকরুনা লম্লোনবশিংগী লান্মীশিংবু ঙমথোকখিরুনা মালবিকাবু কপ্পনিংবা সুমতিবু লাম্থেংনরুনা হাৎখি। মহাক শিরবদা যক্সুরবী কৌশিকীবু শিরে থগ্গুনা ছন্দোক্রমলগা মালবিকাবু

লম্মুম পূম্নমকপুম্ন ডাকুশিংনা হূম্ব্রগা অগ্নিমিত্রগী লানবম চাক্লিবা মাগী মশেল মিপা বীরসেনদা খুদোল ওইনা পীখি। বীরসেনমম্ন মপীমচা অদুবু কলাবিত্তাদা হৈশিংবী ওইগদৌরি খঙলদুনা মাগী মচেম ধারাণী অগ্নিমিত্রগী মহারাণীদা খুদোল ওইনা কৎখি। ধারাণীমম্ন নাবু নাট্যচার্য্য গণদাসকী মফমদা ছলিক হায়বা নাটককী অভিনয় তম্বিনবা হায়না শীন্নখি। ময়ক অসিদা কৌশিকী ডাকুশিং চৎথ্রবা মতুংদা লৌশিং তাখি অমম্মং মবুংগা মালবিকাগা কান্ননম্নবদুদা তৌকম খঙদনা লৈখি, লাইগী নোংলমদগী বিদিশাদা যৌরক্লগা সন্ন্যাস তৌখি। ধারাণীগা মরূপ ওইনা চান্ন চিম্ননা লৈখি।

অসিগুম্বা থোদোক্লা তিম্নবা নাটক অসি মণিপুর ইমা লৈবাক্কী সাহিত্য ভণ্ডারদা হাপচিল্লমিংদুনা ঈতিক ঈগা নত্তুনা ঈমা লোম্না ছন্দোকচরগা শিক্ষিত সমাজগী থুক্ত লাম্হোকচগে মীংজরদুনা মণিপুর শিক্ষা বিভাগকী কর্ত্তৃপক্ষদা মসি ছাপা তৌবদা মতেং পীমবিম্ন মিজবদা থোজালহৈরবা কর্ত্তৃপক্ষনা লুপা ৩০০.০০ থক মতেং পীনবিরকপনী মপাম্না লাইরিক মচা অসি নমজদুনা শিক্ষিত সমাজদা লাম্হোকচরি। অশোয়্ব অম্নাম পূম্নমক ভাকপি হৈবা গুণনা ভাকপিগনি। ইতি—

বিনীত

শ্রীঅশিবম ব্রজবীহারী শর্ম্মা

ব্রহ্মপুর মহাবম, ইম্ফাল

মণিপুর ষ্টেট।

তাং ১৬।৯।৬৪ ইং

# নিপা কাঙবু

সূত্রধার— রাঙৌদোকপা মীশক।
পরিপার্শ্বিক— সূত্রধারগুম্বা নট অমা।
রাজা— অগ্নিমিত্র কৌবা বিদিশাগী মপু।
বাহতক— অহল ওইরবা মন্ত্রী।
বিদূষক— শৃঙ্গার রাগী তেংবাংলিবা মী।
কঞ্চুকী— লৈংকোলগী শেনবা ব্রাহ্মণ অহল
গণদাস, হরদত্ত— নাট্যাচার্য্য।
সারস— মকুম্পাশবা মনাই।
বৈতালিক— লিংপৌগী মতৌ মগুণ শকপা মী।

# নুপী কাঙবু

মালবিকা— মালব লৈবাক্কী মপু মাধবসেনগী মচনুপী।
ধারিণী— অগ্নিমিত্রগী রাণী অহল ( মহারাণী )।
ইরাবতী— ,, অনৌবা রাণী।
পরিব্রাজিকা— কৌশিকী কৌবী, মাধবসেনগী মন্ত্রী সুমতিগী পোকমিরবী লুখ্রাবী।
বকুলাবলিকা— ধারিণীগী সেবা তৌজবী, মালবিকাগী মত।
কৌমুদিকা— মীলাই নুপী।
সমাহিতিকা— পরিব্রাজিকাবু সেবা তৌজবী।
মধুকরিকা— হৈকেংল লৈকোল পান্নবী
নিপুণিকা— ইরাবতীবু সেবা তৌজবী।
জয়সেনা— প্রতীহারী।
চেটী— মীনাই নুপী অমা।
মদনিকা, জ্যোৎস্নিকা— নৃত্য লৈনাক্কী কলাদা হৈশিংবী কন্যা অনী।

# মালবিকাগ্নিমিত্র

## অহানবা অঙ্ক

ভক্তশিংঙ্গ পামজবা মহৈ পুম্বা পীবিবা,
তাইবংপালগী অশূপ্প ওইদুনন্থু মহাক্না
অকেমবা পোংশক পামদনা কৈগী মবু ম শেৎলিবা—,
দুগী কোই তাশোয়গা মশক অমত্তা ওইদুনন্থু,
ইন্দ্রিয় খুড়ম চল্লবা যতিগী থম্মোয়দা লৈরিবা,
মুক্তি পিপাপ্পা মহাক্না তাইবং শেমবিবা ওইদুনন্থু
নাপল কৌবদা পক্কবা, অরাম বাখল মাঙহনবা
মহাদেব মহাক্ন অফ লম্বী উমনবা
নখোয়গী অমম্বা পূম্নমক মাংনবা তোবিরসনু ॥ ১ ।

নান্দী থীরবা মতুঙদা

সূত্রধার। ম্বায়াম ভাবলুবগী থোইদোক্না কান্নবা লৈরে। (নেপথ্য-
রোমদা য়েংলগা) পারিপার্শ্বিক! অশোমদা—

পারিপার্শ্বিক। (চঙলক্লগা) আর্য্য! চঙজরক্লে।

সূত্রধার। ভানি এক্লেন্দা সভানা তাকপীরে—মহাকবি কালি
দাসনা শেম্লবা "মালবিকাগ্নিমিত্র" কৌবা নাটক অম

বসন্তগী হয়াও কুমৈগী মশক ওইমা উৎকাববনি হায়রা।
অছুনা সঙ্গীত অসি হৌরসি।

পারি। মস্তে মস্তে। কাওরবা ধাবক সোমিল্লনচিংবা কবিরত্নশিংগী
কাব্য ছন্দোক্ত্ না অনৌবা কবি কালিদাসগী কাব্যবু অস্নুক
পান্নরিবনা করিগীনো ?

সূত্রধার। ইহে! নঙ্দি ওম্বোক্না অপঙ্‌বগুম্না ডাংখ্রেদা।
অরিবা কাব্য পুম্নমক ফবদি মস্তে লোইনবা,
অনৌবা কাব্য থিবিকপু অনৌবনি হায়বমক্তনা
ঙইদে খন্দোক্লিডায়দ্রু। অহে অশিং থিবিক্লি
দোষ গুণবু থিরগা অক ফত্তগী শক লেপ্লি,
অপঙ্‌ব মীশত্তুনবু মীগী য়াকা য়েংবনি ॥ ২ ॥

পারিপার্শ্বিক। মহাশয়না ফয়ে হায়না থনবিরিবসিনা লোইয়ে।

সূত্রধার। অতুদি শেম শারো থৌরগনু।
থারিনী মহারাণীগী সেবা হৈবা মমাইগুম
হান্না য়াথোকচঙ্বা য়াথংশিবু সভাগী
চপচানা ঐহাক্না ভাকচরগে নীংজরি ॥ ৩ ॥
(অমামক থোকখি।)

প্রস্তাবনা লোইবা

---

(বকুলাবলিকা চঙ্লকপা)

বকুলা। মহারাণীনা ঐভোন্দা ভাকপীখি "সুমিৎ কয়ানিমুক্কী মমাঙ-
দা ঐনা মালবিকাবু নাট্যাচার্য্যগী মকমদ ছলিক নৃত্য তম্বা

---

ছলিক—সুপীনা শাবা লাস্য জগোয়গী মমুংদা য়ান্ন সুবা জগোয়নি।
"রাধা" না মাস শাছুনা শ্রীকৃষ্ণবু পেলহনখিবনি।

শীরুশি। মহাক হৌজিক কয়ামুক হৈরবগে হংলু।" অঙ্গুনা ঐহাক হৌজিক জগোইশাবী লোয়শং ( নৃত্যশালা ) দা চৎপা তাবে। ( চৎখি )

(মতুংদা অতৈ মমাইনুপী অমত্থু লৈতেং পায়দুনা চঙ্লকপা)

অহানবী। ঈতা কৌমুদিকা! মঙ্না অমুক চীংলেম্লিবসিবু করিং- দগীনো? মমাংদা ঐ লৈরে, অসিমক্তদা ঐবু হন্দোম্নিবা মমায় য়েংনা ওনসিন্নমন্ত্রিবা?

কৌমু। এঃ! বকুলাবলিকা! ঈতা! কোম্লঙ্দগী মহারাণীগী মাগমুদ্রা চনবা খুদোপ অসি লৌরুবনি। মসি য়েংনা য়েংনা লাকপদা মঙ্গী মীচৈ ফংলিবনি।

অহানবী। ( য়েংলগা ) ঈতা! মঙগী মমীৎ অসে চপহেক চাবা য়েংকম খোকপা পোৎপু য়েংগ্রবনিকো। মায়কৈ হাইগ্রবা ( শীনত্রবা ) মত্তাম লৈরিক্লা তিল্লবা খুদোপ অসিনা মখুৎ অছু মপান শাৎপগুম তৌরেদো!

অনিগুবী। মঙদি কদায়দা চৎলিবনো ঈতা!

বকুলা। মহারাণীগী য়াথং মতুংইন্না মালবিকা কয়ামুক ওমখিন- গ্রবগে হায়বসি নাট্যাচার্য্য-গণদাসদা হংবা চৎলিবনি।

কৌমু। ঈতা! জগোই-ঈশৈ তম্বনা মখো ওইহুনা লৈবনিবা মহারাজগী স্নানাক্তা য়োজমক্তিবী মালবিকাবু মহারাজ ঈবুঙোনা করম্না উথিরবনো?

বকুলা। অছুবুবা? মহারাণী ধারিণীগী লোয়নবী অমা ওইনা মাঙ্গী নাক্তা অয়েকপা ওইনা লৈরিবী মহাকপু উথিবনি।

কৌমু। করম্না?

বকুলা। ভাও, মহারাণীনা লাইয়েকশংদা য়ৌখিদুনা শিল্পাচার্য্যনা অমোবা মচুনা য়েক্লবা মুর্ত্তি অদু য়েংলিঙৈ তাঙ্গা অদুমক্তদা মকম অদুমক্তদা মহারাজস্নু হেক লেংশিল্লকখি।

কৌমু। অং অদুদগী করম তোরে ?

বকুলা। অদুদগী মতিক চাবা ঈকায় খুম্নবা ফংলবা তুংদা মহা-রাজনা মহারাণীগা লোয়ননা ফম্নফম অমত্তদা পূম্না লেঙশিনখি। অমম্লুং মচামমাইশিংগী মমুং চংলবী অয়েকপী, মহারাণীগী মাক্তা মক্তা লৈরিবী অত্তবু উবগা মহারাণীদা হঙ্খি।

কৌমু। করিমো হঙ্খিববো ?

বকুলা। মহারাণীগা য়াম্না নকুনা য়েক্লিবী নুপীমচা নীংথিবী অসিগী মমিং করি কৌই ?

কৌমু। ফজবা শককমদদি হংনিংবা মশাম তাবনি। অদুদগীদি ?

বকুলা। মহারাণীগী পাউখুম ফংদ্রবদা মহারাজনা চিংনচিংননা মতোন্দা অমুকম্ন হংলকই। মদু তারগা কুমারী বসুলক্ষ্মীনা খুম্নকই—আর্য্য! মাসিগী মমিং মালবিকা কৌই।

কৌমু। (মোমোম নোক্কুনা) অভাংগী নপচাবা রাভাংনি। মখং হায়ম্নু।

বকুলা। করি তোগনি। মহারাজনা উদলবা হায়বসিমক্তগী মালবিকাবু লাপ্না লাপ্না চোকশিন্ন থেদোক্কুনা থম্বা হায়বসি মতাইদনা।

কৌমু। করে, মতম্ন মথো তোকুবো, ঐম্ন খুদোপ অসি মহারাণীগী মাক্তা থিল্লুখিগে। (অসি হায়রম্লগা থোকখি)

বকুলা। (কোয়রৈ লৈদুনা য়েংলগা) এঃ! নাট্যাচার্য্যম্নু

সঙ্গীতশালাদগী লেংখোক্লক্তে। মনাক্ত চঙলুনা ঈশক উৎলুখিগে
(অসি হায়রগা খোকখি)

(চঙক্লগা) গণদাস। মীয়োল য়ৈমা লাক্লবা মহৈ হায়বসি পুন্ন-মক্লা লুনা তৌকম থোকই; তৌইগুম্বগং ঐখোয়না নাট্যবু লুনা হোৎনজবসিদি ঈকাম কান্নদবদি নত্তে। মরমদি

মুনিশিংনা নাট্যবু নীংথিজবা য়েংবদা
লাইশিংগী পেন্নবা ক্রতুগী মশক্তি হায়নরি।
রুদ্রদেবনা উমাগী মশাগা পুল্লপ পুল্লবা
মশা অতুদা নাট্যবু লাস্য তাণ্ডব হায়দুনা
অনী থোক্লা খায়দোকখি; সত্ত্ব রজ তমগী
মতুং ইনবা লৌচৎকা লোমন্নবা রসগী
মথল শুনা নাট্যদা উবা ফংলি ঐখোয়না।
মীওইবগী অপান্না তোঙাম্নরনস্ন মখোয়গী
অপেমববু পুল্লপা পীবদি নাটাদনদি ॥ ৪ ॥

বকুলা (চঙলক্তুনা) আর্য্য! খুরুমজরি।

গণ। ঈবেম্মা পুন্সিয়ু।

বকুলা। আর্য্য! ঈবেম্মা মহারাণীনা হংজরক্লি আর্য্যগী শিষ্যা মালবিকা হায়বী অসিবু নাট্যাচার্য্যনা তাকপী তীকপিবা মরম অতুবু নীংথিনা লৌবা ঙমজক্লিব্রা?

গণ। ঈবেম্মা! মহারাণীদা হঙলু "মালবিকা, তাকপীবা পুম্নমক ফাগনবী অমস্তুং কাওগন্দবী নুপী মচানি।" অমুক কম্নি হায়সিপে।

অভিনয়গী মরমদা মঙোন্দুনা ঐনা
রসগা চানবা ভাবকা লোয়নবা
পোৎশক অদু তম্বিবদা খঙবমা হেক্তিল্লক্কুনা
তাকশিল্লকপগুম্মি ঐঙোন্দা মানা ॥ ৫ ॥

বকুলা। (মথন্দা) মহাক্না ইরাবতীবু হেনবদি মহেনবতাক্ন-বোইয়ে। (কোংনা) মহাক্কী মফমদা গুরুনা অম্রুকী মতীক পেনবিয়বনিনা মহাক অদু তৌজমম্নগী মহৈ য়াক্তবীদি ওইয়ে।

গণ। ঈবেম্মা! ঐনা হংলি—মহাককুম্বী মুপীমচা তত্তাক্তবনি। কদায়দগী মহারাণীনা পুবিরকপনো ?

বকুলা। মহারাণীগী জাতিভিন্নদবী মমাগী গর্ভদা পোকপা বীর সেন কৌবা মপা অমা লৈ। মহারাজনা মহাকপু নর্ম্মদাগী মপান্দা সীমান্তদা লৈবা লানবন অমদা থনম্মী। মহাক্না মুপীমচা অসি কলাবিত্তা তম্বিবদা মতীকচাবী অমনি খন্দুনা মচেম ঈবেম্মগী মফমদা থুদোক ওইনা কৎচরকপনি।

গণ। (মথন্দা) মসি, পূক্নীং হূবা শকফম অসি উবনা শাগে-জাৎ অফবদা পোকপীনি নিংই। (ফোংনা) মসিনা মরম ওইতুনা ঐগী মিংচৎসু ওইগনি। মরমদি
মোংগী ঈশিংনা সমুদ্রগী কোঙ্গেংদা
চঙথুগা মুক্তা ওনখিবগুম।
শিষ্য মতীক চাবদা চঙখ্রবা ওঝাগী মহৈসু
হেন্দোকপা মগুণ ফংলকই ॥ ৬ ॥

বকুলা। য়াম্না চুম্মি আর্য্য! কদায়দা লৈবগে মহাকত্তে ?

গণ। হৌজিক্তা পঞ্চাঙ্গনচিংবা অভিনয়গী মরম তম্বিবা লোইরতুনা

চৎলো পোত্থাজক্লয়ো হায়না মাবু ঐনা থাদোকপীখি।

অদুনা থোঙ্‌নাও অহোবদা হকচিক লাংদুনা লৈকোন্‌গী পুক্রী য়েংদুনা লৈরিমি।

বকুল। অদু ওইরবদি আর্য্য! ঐডোন্দা য়াথং পীনবিয়ু, মতোন্দা আর্য্যগী নুঙঙাইবা হৈশিং অসি তমজক্লদুনা মপুক্লীং থৌগৎচক্লগে।

গণ। চৎলু, মঙ্‌না মঙগী সখীগা উমক্লবা য়াগানি। ঐনু থবক মতম শুবে। অদুনা য়ুমদা চৎপা তারবনি। (অমীমক থোকখি)

মকুংদা মিংথৌ লেঙশিন্নকই, লোইয়িন থমইলশিংনা মাকল অমদা লৈ, খুত্তা পত্র পায়দুনা মন্ত্রীনা ভুং ওইরপ লেপ্লি।

রাজা। (মন্ত্রিনা পত্র পাবা লোইয়ে উরদুনা) বাহতক! বিদর্ভ-রাজনা পাম্মিবযু করিনো?

মন্ত্রী। রাজন্! মথবায় মাঙবা।

রাজা। পত্রগী মরোল ঐ অমুক্কং তাম্মিংহ।

মন্ত্রী। বিদর্ভরাজগী পত্রগী মরোলদি মসিনি—"ঈকাই খুম্ন-মিন্নায় ওইরবা মহারাজনা তাকপীরক্লি—মহারাজগী মতোন্না পোকপা কুমার মাধবসেন, ঐগা বিবাহগী মরমদা লেপ্নগদবা বাফম অমগীদমক ঐগী ঈশাক তান্না লাকপদা লমথান্দা লমদোন ভাকপশিংনা ফাপ্লে। মহাকপু মচন অমম্নং মাগী মুপীগা লোয়ননা ঐবু য়েংবিদুনা থাদোকপিয়ু" মহারাজনা মহোশাদগী থঙ্‌বিরিবদুনি—শাগৈ জাৎ মারবা মিংথৌ-শিংগী মফমদা মমান্নবা মিংথৌনা য়েৎপা হায়বসিদি মশান্না তাবনি। মরম অসিনা মাননীয় মহারাজনা মতাঙ অসিদা ভুমিন্না লৈথোকপিবনা মতীক চাবনি। মাগী পোকমিন্নবা

মচল শুপী মালবিকা, মাধবসেনবু কাবা পুৎবগী সুং-ত্রাংগী
মতম অদুদা মাঙ্খিকন থঙ্খিদ্রে। মাবু খিনজবা হোংজগে।
নত্রগা কারগুম্বা মহারাজনা ঐবু মাধবসেনবু থাদোকপীহনবা
তারবদি—মহারাজনা ঐগী ঈশেন নিপা আর্য্যসচিব
ক্ষাবিখিবচু থাদোকপিরক্রবদি
ঐস্থ মাধবসেনবু থাদোকচগে খুদক্কুদা ॥ ৭ ॥

রাজা। (শাগুনা) করি! মশাগী মশক থত্ত্রবা বিদর্ভরাজনস্থ
ঐঙোন্দবু শিঙ্ক্ষবগী যাঙাং তৌথৎলকপশারি। যাহত্তক!
বিদর্ভরাজ মঙোশান ঐগী য়েক্লবনি অমস্থং অরেৎপনি।
মঙোন্দা শান্দাগদবনি। অদুনা মরুক্ষংনা মাঙহনবগীদমক
বীরসেননা মীৎকেং চঙ্লিবা সৈন্যশিংদা হায়দোকখো।

মন্ত্রী। স্নায়াথং মতুং ইন্না

রাজা। মন্ত্রীনবু কার খনবিরগে?

মন্ত্রী। মহারাজনা তাকপিরিবা পূন্নমক শাস্ত্রগী মতুং ইনবা
ঙাক্কনী
নিংথৌ ওইব কুইদ্রিবা য়েক্লবদি, প্রজাদা
শক্তি অদু চোঁত্রবনা, মৌনা থাবা মরম্না
লেম্ফ চোঁত্রিবা উপালগুম মাঙহনবা য়াই লায়না ॥ ৮ ॥

রাজা। অদুনাদ নীতিশাস্ত্র—লেংবশিংগী যা অদু শোয়রবোই।
মতাঙ চারাইঙ সদা সেনাপতিবু শেম শাহল্লুবো।

মন্ত্রি। ক্ষগনি (যেংকখিবা)।

(লোইরিন থগইলশিং মথৌ মথৌ তৌদুনা, নিংথৌগী মনাক্তা অকোয়বদা লৌ)

বিদূষক—( চঙলক্লগা ) মহারাজনা ঐঙোন্দা তাকপিখি—'গৌতম ! লাইনা কুহুনা মালবিকাগী অয়েকপা মুর্ত্তি অহূদনি ঐনা উখিবদি। কৌজিক মহাকপু থাঙ্গেশেংনা হেক উবসি করম-তৌরগা ফংগদগে হায়নগী থৌরম অহু রাখল তৌ।' তাক-পিবা মতুং ইন্না ঐস্ত তৌজরে। অহুনা হৌজিক মহু হঙৎ-চরগে। ( অসি হায়দুনা চঙ্লকই )

রাজা—( বিদূষকতা য়েংদুনা ) ঐগী তেঙানবা থৌরমগী মন্ত্রী অমা লাক্লে।

বিদূষক— চঙ্লক্লগ ) য়াইফরিয়ু মহারাজ !

রাজা—( কোক নোমদুনা ) অসিদা থম্মু। ( বিদূষক ফম্মি )

রাজা—নঙগী বুদ্ধিগী মশক ওইবা মমীৎ অদুবু থৌরাং অমগী মপাম্বা ফংফম ঙাকপা পোৎশক অমবু ফংনবা হোৎনবা ঙমজরবরা ?

বিদূষক—হোৎনজমন্দুমহঙু

রাজা—করম তৌনা ?

বিদূষক—অস্তুম তৌনা। ( নাকোংদা তম্মি )

রাজা—য়াম্ন ফবে বন্ধু ! নঙনা তৌবা পৌবোং পূম্মক হৈ-শিংবগী মশক ঙক্লেনি। হৌজিক্কি থোক্লিবা থবক অসি পাঙথোক্কপদা লুনা থোক্লবস্ত আশাদি তৌবা ময়ারে। করিনো ?

সগায় নৈনা মীতনা অরুবা থৌরম পাংথোকই।
মীৎ পাল্লবস্তু অমম্বদা উদে থাওমৈ য়াঙদনা ॥ ৯ ॥

( নেপথ্যরোমদা ) মহৈ মহৈ মশা থাগৎনদুনা কারদে ঐথোয়

অমীগী মমক্ত কমামা হেনবা, কমামা মাংপা হায়বদু মহা-
রাজগী স্না মাংদা থঙনগদবা নৈরে।

রাজা—( তায়গা ) মরূপ! নঙগী কজরবা নীতিপাম্বীগী ফুগাইবা শাংলবা মপালনিমেসে।

বিদূষক—মহৈস্থ রাজ্যগনি কুইবরোই।

( মতুংদা কঞ্চুকী চঙলকই )

কঞ্চুকী—মহারাজ! মন্ত্রীনা হুজংচবক্লি—মহারাজগী য়াথং চপচানা ভাকচরে। অদুগা হরদত্ত অমস্তুং গণদাস অমী অমিস্থ—

তাব অমীগুম শক্লাইবা আচার্য্য অমী অমিন্না।
ভন্নবিংবা মহৈ মহৈ স্না মাক্তা লাকচবি ॥ ১০ ॥

রাজা—অমীমক চঙহল্লকউ।

কঞ্চুকী—স্না য়াথং মতুং ইন্না ( থোকলুমগা অমীচুগা লোয়ননা চঙলকই ) অসোমদা লেঙশিনবিরকউ।

গণ—( মহারাজদা য়েংলগা ) ওয়োকপনি! মিংথোগী শক্তি হায়-
বনি থঙহুনা ভমদেদকো।

মহাক অসি পূন্নমক্লা, থঙদে হায়বনু মমক্তে
শককমস্থ মক্তে কজদবা অচুমকপু মমাক্তা
চঙবদদি তথুকই। মীকুপ খুদিং ঐহাক্তী
ঊমীং অমী অমিদা ঊনৌতা নৌযে সমুদ্রগুম ॥ ১১ ॥

হরদত্ত—বিপাগী শরুম লোইহনা চোংথোক্লক্লিবা অচৌবা নৈমুলনি
মসে কবিমো?

থোঙতাকপদগী ঐহাক্লা চঙনমবা য়াথং কংচুনা

কঞ্চুকীগা লোয়ননা স্না মাক্তা চত্তুরি।
হৌজিক্তি নসিগী তেজনা য়েংজবা য়োনা চৎহবে
চীন্দি থোক্তনা ঐবু মনাক য়োনা চৎহল্লে ॥ ১২ ॥

কঞ্চুকী—মহারাজ লেঙশিনবিরি, আচার্য্য অনিমক নকশিনখিরকই।

অনী—(চৎশিন্নরুগা) জয় ওইবিয় মহারাজ।

রাজা—লেঙশিনবিসি আচার্য্য অনীমক! (মীনাই মীশল্দা য়েংলগা) আচার্য্য অনীগী খুদা থাও।

(আচার্য্য অনিমক ফুদাদা ফম্মি)

রাজা—অতাংশিংবু তাকপি তীকপিগদবা মতম অসিদা করি য়ুরগী-দমক গুরু অনীন মতম অমত্তদা পুন্নপ্না লেঙবিরকপনো?

গণ—মহারাজ! তারিসি—মতিক চাবা অহৈবা গুরুগী মফমদগী ঐহাক অভিনয় বিদ্যা চেকশিন্না তমজরকপনি। মহারাজ ঈবুঙ্গোনমস্থু ঐহাকপু অতাংশিংগী অভিনয়গী গুরু অমা ওইনা হাপ্পিরে। মহারাণী ঈবেম্মনস্থু য়াম্না চানবিরে।

রাজা—উম, ঐ থজিং। মথঙ তাকপিসি।

গণ—অসি য়োজরবা মনাই ঐবু মনাই হরদত্ত অসিনা—"গণদাস হায়বা অসিদি ঐগী খুয়াগী উকুলগস্থু থায়বা নত্তে" অসি হায়না মীথোই মীহেনবশিংগী মমাঙদা চৈবিখি। অস্না চয়ণনা তাকপিগনি।

হরদত্ত—মহারাজ! গণদাসনা মনাই ঐবু হায়বা চৈথিখিবনি মহাত্মা হায়রি—"ঐগা মাগা খেন্নবদি সমুদ্রগা নাথোজা খেন্নবওবনি।" মরম অসিনা মহারাজনা নাট্যশাস্ত্র অমত্তা

অভিনয়গী ময়মদা মনাউ অমিবু পরীক্ষা তৌবিয়ু। অমীগী থেম্নবা মহারাজদনা থঙবিরিবনি। অদুনা হংবিনিংবা রাকম হংবিরগা কনানা হেনবা কনানা হেন্দবা হায়বত্তু খংবিয়ু।

বিদূষক—মঙগী রাসি ঈচুম চুম্বা রাম্নী।

গণ—য়াম্না ফৈ। মহারাজনা চোকশিন্ন য়ানাকোং ওইবিগনি।

রাজা—তপথখো, তপথখো। মহারাণীনা ঐগী মীগী নাইবগী রাখল অমা তৌথিবা য়াই। অদুনা পণ্ডিত কৌশিকীগা লোয়নমা মহারাণীগী মমাংদা বিচার অসি তৌবমা থোক্কদবানে।

বিদূষক—তাকপিরিবসি য়াম্না চুম্নবা রাকাম্ন।

আচার্য্য অমী—য়া মোংদমনি।

রাজা—মৌদ্‌গল্য। হৌজিক্কী ওইরিবা ময়ম অসি তাক্লুরগা পণ্ডিত কৌশিকীগা লোয়ননা মহারাণীবু কৌরকউ।

কঞ্চুকী—আজ্ঞা! (চৎলুরগা পারিব্রাজিকাগা লোয়নমা চঙলকই)

কঞ্চুকী—ঈবেম্মা! অশোমদা অশোমদা।

ধারিণী—(পরিব্রাজিকাবু য়েংলগা) ভগবতি! হরদত্তগা গনদাসগা থৎনরে হায়বসি কররম্না খনাবিবগে?

পরিব্রাজিকা—গণদাস, প্রতিবাদী হরদত্তদগী কয়িগুম্ব শরুক্তম্নু তোমবা মত্তে। অদুমা মানা মায়থিগনি হায়বদি খনবিগনু।

ধারিণী—অচুম্বনি, অদুবু নিংথৌগী মী ওইবনিমা হরদত্তমা মমায় পাকথিগদৌরিবনিমে।

পরি—ঈবেম্মা মশাবু ঐ মহারাণীমি হায়বসিমনু খনরিয়ু।

মেংবিম্ন—শুমিৎকী মঙাল চঙহৌনবা মৈনা অহিংদা ঙাদবনি।
অহিংগা ঙমদাই ওইরুরবা থাবা হেক্নোরা ঙাদবনি ॥ ১৩ ॥

বিদূষক—এঃ! এঃ! মহারাণী ধারিণী, লোয়নবী পণ্ডিত কৌশিকীবু মাঙদা থাদুনা লেঙশিল্লক্নে।
যতিগী ফীজোল লেৎলিবী—কৌশিকীগা লোয়নবী
মঙ্গলগী মশক ওইরবা পোৎলম কয়ানা লৈতেংবী
মহারাণী অসিদি, শরাইবা অধ্যাত্ম বিত্তাগা
লোয়নদুনা লৈরিবী বেদবিদ্যাগী মশক্নি ॥ ১৪ ॥

পরিব্রা—(চঙলক্লগা) মহারাজগী জয়।

রাজা—ভগবতি! খুরুমজরি—।

পরি—থোইনা হেন্না পাঙলবী পাম্নাওশিংনাও তারিবী।
অথাং কনবদা মাপ্পবী ধারিণী, পৃথিবী অনীগী
অশূপ্পা মপূ ওইদুনা কুমজা চামা চুপ্লুনা
হিংবগী নুংঙাইবা লৌবয়ু ॥ ১৫ ॥

ধারিণী—আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাজা—দেবী লাক্নে! (পরিব্রাজকাদা য়েংলগা)
ভগবতি! খুদাদা লেংশিনবিসি। (পূম্নমক ফম্মি)

রাজা—ভগবতি! ঈকায় খুম্নজরায় ওইরবা হরদত্ত, গণদাস অনীমক ঙগোয় ঈশৈগী মক্মদা মকৈ মহৈ এৈনা হেল্লি, এৈনা হেল্লি শীংনরি ভগবতীনা অনী অসিগী য়ায়েনবিবা তারে।

পরি—(মোমোম মোক্লুনা) অদুক থীনা তাকপিদুনা কৈদোগদসে? কোম্নুং লৈনা লৈনা থুঙংদবু হৌনব্রা?

রাজা—মত্তে মত্তে। মহাক্তি মীচংসঙ্গল মাইদবী পণ্ডিত কৌশিকীনি। ঐগা মহারাণীগা অনীদি মীচঙ সঙ্গল মাইবনি হায়জবনি।

আচার্য্য অনী—তাকপিন্নিবা নুমা য়াথং অসি থাগৈশেংনা অচুম্বনি। ভগবতীনা ঐখোয়গী দোষগুণ পুম্নমক লেপ্লিকন থোকই।

রাজা—অদুদি বিচারগী বাফম পুথোক্লবা তৌবিয়ো।

পরি—মহারাজ ঈবুঙঙো! নাট্যশাস্ত্র হায়বসিদি অভিনয়না মপুং ওইবনি। অদুনা থোক্লিবা মরম অসিদা চীমদা পাউদানদুনা কম্নি কায়গদগে? (মহারাণীয়োমদা) ঈবেম্মনদি কম্নি থমবিবগে?

মহারাণী—ঐঙোন্দা হংবিরবদি অনীনা থৎনবসিদি—ঐদি ঈপায় পামজদবনি।

গণদাস—দেবী! ঈহৈ মান্নবা মশেম্নি, ঐনা মায়থিগনি হায়বদি থমবিগনু।

বিদূষক—পূকচাউবশিং অসিগী মন্নুংদা কনানা মমায় পাকত্রে, কনানা মমায় থীখ্রে য়েঙ্গদবনি। মক্রবদি মখোয়গীদমক অরানম পীদুনা কম্নিবু তৌমগদগে?

মহারাণী—মঙ অসিদি থৎনবা পামখ্রবা মী ওইরে।

বিদূষক—মত্তে মত্তে। চাং য়েংনমিংলবা ময়ায়কায়বা শাবু অনীগী মন্নুঙদা অমনা মায়থীত্রবদবু ঈঙ্গদবা কম্নিনো?

রাজা—আচার্য্য অনী অনীমা শকখিবা ঈশৈ, শাখিবা অগোয়গী ফজবা মীংথিজবদুদি ভগবতীদি উবিখ্রিবয়া?

পরি—উজখ্রে।

রাজা—অচুদি, হৌজিক অনীমক্কা অতোপ্পা করম্বা অমা উত্নুনা ঐখোয়দা অনীগী হেনবা হেন্দবচু খঙহনবিগদবা লৈরিবগে?

পরি—মচুমক হজংচনিংই।

> মীতোন্দদগী তম্বীখিবদগী মশাদা লৈহৌবা মহৈনা
> হেন্না ফজনা থোকপা কমাগুম্বস্নু ময়াওই।
> কমাগুম্বগী মহৈনা মশাদা লৈহৌবদগী—
> অতোপ্পদা তম্বীখিবনা হেন্না মীংখিবস্নু ময়াওই।
> অনীমক্কা পুল্লপ মীংখিবা মাগী মহৈ অচুনা
> ওঝা মচুমক্কবু খাইদগী অহেনবনি লৌগনি॥ ১৬॥

বিদূষক—তিমর্বিরিবশিংনা ভগবতীগী মাহৈ অসি তাম্বিরেদনা। মাগী মাগী পক্কবানমা শাবা শাবা শকপা জগোই ঈশৈ অচু য়েংল-তায়গা ওঝাগী অহেন হেন্দা লেপ্পা তারে অসিদনি।

হয়—হেন্নোক্কা পামজবা য়াকপ্নি।

গণ—দেবী! মসিদা তারেদন?

মহারাণী পক্কবা অচুমা অপঙবী ওইত্তুনা ওঝামা তাকপিবক্তগী ওয়তৈনবা থবক তৌরগবু ওঝাগী করি মরাম্নো?

রাজা—দেবী! অন্নুম্না হায়নবা অমস্নু লৈ—অপঙবা পক্কবাবু তাক-পিরবদি—ওঝাগী বুদ্ধি থোরকই।

মহারাণী—(মথক্কা) করিনো তোগদবগে? (গণদাসতা য়েংলগা কোংনা) আর্য্যপুত্রগী পুক্নিং থুমাং চাওশিনবা ওইবা অশা অসি থুংহন্নুতুনা কায়দে। অচুমা কায়দবা থবক অমি তোকথোকপিয়ো।

বিদূষক—ঈবেম্মনা ফজনা তাকপিরি। গণদাস! অগোষ্ট ঈশে মচিংবা কলাবিদ্যাদা ওঝা ফম ফংডুনা মুমিৎখুদিং সরস্বতীনা পীনরকপা খুদোমগী মণক ওইবা অহাও অথুম চান্নিবা মঙমা অৱেম্মদা শৎনড়ুনা মশাগী মুন্ডাইবা পূম্নমক মাঙহন-জগদোন্নিববু কন্নিগীনে ?

গণ—দেবীনা তাকপিবা থাঙ্গৈশেংনা অচুম্বনি। ঐনা হৌজিক তাঙ্গা অসিদা হায়জফম থোকপা শন্নদং হায়জান্নিবসি তাবিসি।

ঐদি মীখোয় মীহেনবু নিপা অমনি খন্দুনা
খৎনচৈনবা কিড়ুনা মাগী অথী যাহৈবু
খাঙবা য়াদ খাঙডুনা হিংনবগীদমক্তা
লাইরিক লাইশু কায়াবু কৈনড়ুনা লৈরিবা।
মহাক অড়বু লৈপাক্না হায়নৈ জ্ঞান নপ্লোমিবা ॥১৭॥

মহারাণী—আচার্য্যগী পরুবা অড়ুনা তমথিবা মতমদি ঈকুইবু কুইখিদ্রি। অড়ুনা তাঙ্গা অসীদা লৈবাক মমাঙদা মাদা অভিনয় উৎপা আনাদি অচুম্বনি হায়নিঙ্গোয় ঈবৈ লৈতে।

গণ—ঐমা অম্নক পুক্লিং চঙজরুন্নিবা (থবাই য়াওজরুন্নিবা) মু অসিমক্তমনি।

মহারাণী—অড়ুদি আচার্য্য অনীমক্না ভগবতীগী মাঙদা মশা মশামা তঙ্গিখিনড়ু উংনমবা তৌবিয়ো।

পন্নি—মহুদি শুপচুম চুমদবা ৎবক্নি। পূমথঙ থঙব মীশক ওই-ৱবস্থ মথম্তনা অহেন ছেন্দ লেপ্পদি দোষগী মশক্নি।

মহারাণী—( তুমিন্না ) অপঙবী পারিব্রাজিকা ! অদুবুদি ঐস্তু খঙ-লিবনি, ঈপং পঙবগুম মীংলিবোইরে ? ( অসি হায়দুনা শাওরপ্না লৈথোকই )

(মহারাজনা মহারাণীগী মরোং মতৌ অদু পারিব্রাজিকাদা উৎলি)

পারিব্রা—হে মায়থোংনা থাজমাল্লিবী ! মরম লৈতনা করিগী
মবুঙেভাদা শাওরিবা ? তোবঙবী ওইরবস্তু
সুপীশিংনা নিপাদা মরম লৈনা শাউবনি ॥ ১৮ ॥

বিদূষক—মরম লৈরিবনি অসিস্তু । ঐগী ঐগী মীবু কন্দবা য়ারিবরা ?

(গণদাসতা য়েংলগা ) ঈবেম্মা মহারাণীনা শাউশিন্নবসিমক্তনা হিংজ-হোৱবনিদো । হৈথোই শিংথোইরবশিংস্তু মশানা তম্বিখিবদু উৎলবদদা ফাওবনি ।

গণ—ভাবিসি ঈবেম্মা ! মসিমা লৈপাক্কী রা ওইবদি
হন্দক্কী য়াথোক অসিদা পরুরাম্মা ঐহাক্না
তম্বিখিবা মতৈবু লৈপাক মাঙদা উৎচগে ।
য়াবিদ্রবদি মসিবু ঈস্থোকপীরবা ওইক্তরগে ॥ ১৯ ॥

( আসন্দগী তৌগৎকে নীঙিভ )

মহারাণী ( তুমিন্না ) তৌগদবসি করিনো ? ( ফোংনা ) পরুরান-শিংগী মফমদা ওঝাশিংগী অধিকার হেন্দোক্না লৈ ।

গণ—তৌহনবিরম্বোইদমাগ্নে থঙ্গরম্বদি ঈবেম্মগী য়াথং অসিনা কোক্লে । ( মহারাজদা য়েংলগা ) ঈবেম্মনদি য়াবিরে । মহারাজ ঈবুঙেভাগী স্না য়াথংদবু ভাইদুনা লৈজরি । করিগী অভিনয় উৎচৌ হায়রনো স্না য়াথং তাকপিসি ।

রাজা—ভগবতীনা তাকপিবা অমা ।

পারি—ঈবেম্মগী পূক্লীংদা অমা ঈরৈ লৈরি, অদুনা ঈচিং চিংনরি।

মহারাণী—চিংনদনা হেক মতাকপিয়ু। মচা মনাইশিংগী মফমদদি মপুগী পাঙ্গল য়াম্না লৈবনি।

রাজা—ঐগী ঈথক্তুস্নুনি হায়য়ু।

মহারাণী—ভগবতি! হৌজিক্তি তাকপীয়ো।

পারি—মহারাজ! শর্ম্মিষ্ঠানা লেংজরম্বা শৈরেং শরূক মরীমা তিমবা ঈশৈনচিংবমা তিল্লবা ছলিক কৌবা নাটককী অভিনয় উৎপাসি পাণ্ডমদবা থবক্তি পণ্ডিতশিংনা হায়মরি। হরদত্ত অমসুং গণদাস অনীনা, নাটক অদুগী উৎচবা অভিনয় অদু য়েংলসি। মদু ওইরবদি অনীমক্তা অহেন হেন্দ থঙ্বা ঙমজগনি

আচার্য্য অনী—ভগবতীনা তাকপীরিবসিমক ওইরসনু।

বিদূষক—অদুদি হৌজিক আচার্য্য অনীমক্না নেপথ্য (ফিজেৎ লৈতেং শঙ্) দা লেঙবিরগা শৈশক্লবা শেমশারগা মতুংদা মহারাজগী স্না বুদ্ধি ওইবিহবা দূত (পাওপুবা মী) অমতং থাবিরকউ। মত্রগা পূংগী পূঞ্জোল তারগনু ঐখোয় লাকচগে।

হরদত্ত—ফরে। (হৌগৎলি)

গণদাস—(ধারিণীদা য়েঙ্ক)

মহারাণী—(গণদাসতা য়েংলগা) আচার্য্য! মায় পাকপিয়ু।

(আচার্য্য অনী থোকখিবা)

পারি—অসোমদা, অসোমদা।

আচার্য্য—(হক্তিল্লরুগা) ঐখোয় অনীমক য়োজরক্লে।

পারি—আচার্য্য অদোগী মসুদা কমানা হেনবগে হায়না লেপ্পবগী থৌরাং ঐগী ঈথক্তো তারে। অদুনা ঐনা মীংশীংজরি—অভিনয়দা হুৰচাংগী ফজবা মীংথিবা পুম্নমক অদু তরং তরংনা ফোংদোক্লনবগীদমক ফিজেৎ লৈতেংস্রিবা ভূমিকাদা কুমগ-দৌরিবা শিশ্য অনীমকপু চঙহনবিয়ক্কদবনি।

আচার্য্য অনি—মদুদ ঐখোয়গুম্বদা তাকপীগদবা নত্তে। (থোকখি)

মহারাণী—(মহারাজদা য়েংলগা) নিংথৌগী থৌদাং কয়াদা অস্থম তৌনা হৈরম্নবদি কয়াদা মীংথিজরমগদবনো?

রাজা—পুকচেল চাউবী ঈবেম্মা! অমা অমা থনগন্সু।

ঐনা তৌব নত্তেকো, মহৈ মান্নবা মীশিংদি
অমগী মগুণবু অমনা তাবা শূপ্ন চম্নদে ॥ ২০ ॥

(নেপথ্যদা পূঙ্খোল থোরকই ময়াম্না তানরকই)

পারি—আঃ! পূক্লিং হুরবা ঈশৈ শকৎলক্লে। য়েংউদোসে—

মুরজ কৌবা পূঙ্গী—বাহোংগী মখোলগা মান্নবা
মধ্যমস্বরদগী থোরকপা মায়ুরী হায়ব মূর্চ্ছনানা
ঈয়াং পকহল্লি পূন্নীংবু, মোখোম্নি থন্দুনা বাহোঙ্না
মঙক কাঞ্চতুনা খোংলক্লি, মতুনা মরম ওইদুনা
মূর্চ্ছনানা অমুকন্সু লমদম লাপ্ন চৎলক্লি ॥ ২১ ॥

রাজা—দেবী নাট্যশালাদা ঐখোয় চৎলসি।

মহারাণী—(তুমিন্না) ওম্বোকপনি; আর্য্যপুত্রগী লমচৎ অসি ফজদেদো।

(পুম্নমক হৌগৎলি)

বিদূষক—(ধারিণী তাহন্দনা) তপ্পা তপ্পা লেঙবিয়ু। ঈকায়-খুম্নদিঙাই

ওইবী ঈবেম্মা ধারিণীনা মহারাজগী পুক্কিংনা পাম্বীরিবা
মরমদা কায়নবা ভোরকপম্ব য়াই।

রাজা—তপ্না তপ্না চৎলিবনি অদুবু মুরজগী মখোল্লা,
মহে রাগ্ন'লম্বীদা লময়ান্দুনা চৎলিবা
পুক্নীং দোলাইগী ঐহাক্কা খোম্লাংশুন্না ফিংহল্লি।। ২২ ।।

(পুম্নমক থোকখি)

অহানবা অঙ্ক লোইরে।

---

# অনিশুবা অঙ্ক

শৈহো ঈশৈ শরুৎলক্লবদা মহারাজ, বিদূষক, ধারিণী, পারি-ব্রাজিকা অমস্তুং মনাই থর ফংখি।

রাজা—ভগবতি! ঈকাই খুম্নজবাই ওইবা আচার্য্য অনীগী মরক্তা কনাগী অভিনয়বু অহানবদা য়েঙ্গদগে?

পারি—রাজন! অনীমক অসি মহেদদি অমবু অমনা হেন্নবা নত্রবস্তু চাহগী অহন্নিনা গণদাসনা হান্নদা উৎপা তাই।

রাজা—মৌদগল্য! আচার্য্য অনীদা ভগবতীগী য়াথং অসি তাকপীরক্নো।

কঞ্চুকী—য়াম্না ফগনি মহারাজ! (থোকখি)

গণ—(চঙলক্লগা) মহারাজ শর্মিষ্ঠানা য়েংলম্বা, লয় মধ্য ওইবা, শরুক মরীশুবা শৈরেং অমা লৈ। মসিদা পুক্নীংচঙবিরসি

রাজা—আচার্য্য! আচার্য্য অনীবু লুমা নীংজরিবনিনা পুক্নীং য়াম্না

চঙ্ জরিবনি। অদুনা পাত্র অছু চঙহনবিরক্নো। (গণদাস থোকখি)

রাজা—( ভুমিন্না ) মরুপ!

নেপথ্যদা চঙখিৱবী মালবিকাগী মশকপু—
উনিংবনা ঈমীৎসে মথুম মরাঙ হৌরক্নে।
মতম ঙাইবা রারকলে মুখল অসিবু থদৎকে
হায়না পুক্নীংনা লেপলক্নে ॥ ১ ॥

বিদূষক—( থাম্নগা ) মীৎকি থোইহি মালবিকা থোরক্নে হয়রিংমু লৈরে। থবায় য়াওনা য়েংলোসে।

(মশাগী ফজবা পুন্নমক আচার্য্যনা কুপনা শেল্লিবী মালবিকা চঙ্লকই)

বিদূষক—( ভুমিন্না ) য়েংবিয়ু, শকফম অসি অয়েকপা শকফমদগী করিগুম্বা অমত্তমু হন্থবা নত্তে।

রাজা—( থাম্নগা ) মরুপ!

মালবিকাগী অয়েকপা মুর্ত্তি অছুবু উরগা
"অশেঙবা মশক অদুনা হক্লে ফজবা শকুক্তা"
হায়না পুক্নিংনা থল্লম্মি, নোনা অমুকম্মু থল্লক্নি
মাগী মশকপু য়েকখিবা নিপা অদুনা মসিগী
শকফম অসি য়েকপদা মপুক্নীং চখিদবরা ? ॥২॥

গণ—ঈবেম্মা! করিম্মু কিগন্নু, মহৌশাগী ফিবম কায়গন্নু।

রাজা—( মথন্দা ) ওয়োক্লম্ম ফজেদা শকফমসে করিগুম্বা অমত্তা হেক মাথোক্লিংঙাই লৈত্তেদা!

শাংতক ভোনা হুইথরুকপা য়মীৎ অমোনা তিল্লিবা,
মেয়া থাগী থানিলগুম মীংখিরবা য়মাম্নি।

পাম্বোম অমীমা, মরুদা লোইরোইমদা ছুইথরক্লি,
ফুয়রবা য়াংলবা থরক্লা কমশিনখিবা ময়ঙ্গা
ওশু তশুমে থবাক্লা অভোং অকুৎ মাইদবা
মাকল অমীমি মসিগী মথ্বাং অসিবু য়েংবদা
খুদাপমা ক্রক লাকপদা থুঙ্গপদবা মতামি ।
ফৈবাক্লা কয়া চাওরিবা, খোইতকপা খোঙলামা
তিল্লিবা মথোঙ, অমীমি, মসিগী মশা'সিমক্কবু
তম্বিরিবা ওঝাগী পৃক্লীংমা ওইহঞ্জমিংবা
অদুমক ঈকায় কায়দমা থোকখ্রে মকম থুদিংদা ।। ৩ ।।
( মালবিকানা বসন্তনচিংবা রাগগা চুনবা স্বরালাপ তৌরগা চতুষ্পদ
শক্লকই )
নুংশিদবা ভমজদে, হে থম্মোয় ! নহাক্লা
মীংজবদু খাদোক্লো, চোংলি ওইথংবা ঈমিৎমা ।
মমাঙতৈদা উথিবা মীশকতু কয়ম্বা য়েংশিগে, ৮
ঈবুংঙে ! মীথাপোমবী মমাইবু খঙবিয়ু মীংজবীমী মঙদবু [illegible] ।।
( মতুংদা য়সগী মতুংইন্না অভিনয় তৌই )
বিদূষক—মরুপ ! শৈয়েং অসিগী মপাম তাংদুমা ঈবেম্মা মালবিকা
অসিমা মভোন্দা মথবায়দি থুদোল ওইমা কৎখ্রেদমা ।
রাজা—মরুপ ! অমুম তৌনা ঐগী থবায়মু । মহাক্লা লেপমমক
হে থবায়গী মবুঙে ! ঐদি ঈথবায় মভোন্দা
কৎচখ্রবীমি থঙবিয়ু বাহৈ'সিবু শাথেক্লা
শৈশকলকপা মতমদা অভিনয়বু তৌদুমা
থাদ্বিণীগা নক্লমনথিবমা ঐভোন্দগী মুংশি থুদমবু

কম্মিনদি ঙমজদবনা মেঙ্গো হায়রজবা শাদুনা
হায়রজখিবনি ঐরোন্দা ।। ৫ ।।

( শৈরোইবা মতুঙদা মালবিকা থোক্কে ত্তোই )

বিদূষক—ঙাইহাক্তুং ঙাইবিখো। করিগুম্বা অরুবা থবক অমদি কাওহৌরমাল্লে। অমুক্তা হংজখিগে।

গণ—ঈবেম্মা ! ঙাইখো। পূম্নমক্না য়াবিরবা মতুঙদা থোক্কদবনি।

( মালবিকা লেপ্লি )

রাজা—( মথন্দা ) তৌপোক্নকপা থৌরম খুদিংদা ঈকদমক কজবসিনা তোপ্তোপ্পা কজবা অমসু থোকহল্লি।

খুজেংদা লেংদনা লৈরিবা খুজিশিব খুৎ ওইবু
নীংজোলথক্তা থম্লগ', য়েংথংবা মখুৎপু
শ্যামালতাগী মশাগুম ঈতিং তিংনা থাদরগা,
থোঙজানা নৈহৎপা লৈরাংনা ঈচোই চোইনা তারিবা
রঙ্গভূমিদা মনীংথম্ খাগী হকচাং তঙখায়বু
ঈতিং তিংমা থমড়ুনা, লেপলিবা ফিরেপ অসিনা
জগোয় মক্তুদগীসু, থোইনা কেম্না কজরি ।। ৬ ।।

মহারাণী—অঙাওবসিনা ঙাংববু আর্য্যপুত্রনা হেক লৌবিরে।

গণ- ঈবেম্মা। মহারাজগী থৌগল তত্তনা তৌজরকপদগী মহাক অসিসু অকুপ্পা মরম খঙজবা ঙমজরক্রে য়েংবিয়ু—
অথঙ অহৈগা লোয়নররগা শিংলকই অপঙ্ বশিংমন্নু।
লৈমাং কোকপা উহৈগী মকুপকদি তিমরগা
অনৈবা ঈশিংমা লূরকপগুম্ ।। ৭ ।।

( বিদূষকতা য়েংলগা ) তাকপীনিংলিববু করিনো খঙজনিংই।

বিদূষক—( গণদাসতা য়েংলগা ) অহাক্তবদা কৌশিকীদা অমুক্তং হং-
বিখো। মতুঙদা ঐনা উখিবা অশোয়বা থোরম অদু মীংশিংজগে।

গণ—ভগবতি! উবিখিবনী মতুঙ ইয়া গুণশি নত্রগা দোষশি হায়বসু
তাকপীয়ু।

পারিব্রা—ঐনা উখিবত্রদি অশোয়বা অমত্তা য়াওদে। করিনা?

অচৌমা করি ভাংত্রবসু শাথেক্না অর্থ কোংদোক্লি,
থাংলকপা খোংথাং পূম্নমক লয়না তিনবা ভাক্তনি।
মভাঙ মভাঙগী রসদা মীংথিজবী নায়িকাগী
মখোং মতৌ পূম্নমক, অভিনয়না কয়া তৌখ্রবা!
অদুমত্তায় থৎকি তাম্বাস্নু, অভিনয় মথল খুদিংদা
ওইব লোনবা শাথেকসু অভিনয়'তুমক্লি।
অনুরাগ থিবিকসু অতোপ্পদা পূক্নীং চঙ্‌লবনি ॥ ৮ ॥

গণ – মহারাজনবু স্না পূক্নীংদা করি থনবিবনো?

রাজা—ঐগী মীচংগীদমক চেন্নবা মীচংমাইবা পূকচেল অদু ঐখোয়
পূম্নমক চেন্ত্রে।

গণ—অদুমদি মনাই ঐখোয়সু ঙসি থাঙ্গৎলেংবা অগোই ঈশৈগী
ওঝা অমদি ওইজরে।

অখন্ড, অহৈগী মমাঙদ অতুগুম্বা পাউতাক অদুমা
মৈন্নুংদা সনানা তৌবগুম ঙমং ঙমংনা লৈরবা
পাউতাক অদুবু ওঝাগী অচুম্বা পাউতাক্লি থঙনরি ॥ ৯ ॥

মহারাণী—অসিগুম্বা বিচার অসি তৌত্রিত্রুমা লাইবক কনা মথঙ
মথঙ আর্য্যনা চাওথৎপীগে।

গণ—ঈবেন্মা! ঈবেন্মমা ঐগীনি হায়ুনা থনবিবসিমক্কম্ ঐগী ঈতিক ঈগুণ হেন্নবগী মরম অমনি। ( বিদূষকতা য়েংলগা ) গৌতম! হায়নিংবা করি লৈরি হায়য়ু।

বিদূষক—ঈহাক হেক হাননদা ব্রাহ্মণ পূজা তৌকম থোকপনি। অদুবু করিনা কাউখ্রিবনো?

পরিব্রা—মরো লৈব রাহংনিসে? ( পূম্নমক মোকখি ) (মালবিকাসু মোমোম নোকখি)।

রাজা—( মথন্দা ) উকম থোকপা পোৎ অদু ঈমিৎনা উরে। মরমদি—

শাংনজ্ঞহথবা মমীৎনা মীংথিজবী অসিগী
মপুং ফানা শাক্রিবা, মকালামদনা উরবা
লৈরিক্রু মুংদা লৈরিবা থম্বাল লৈরাং মাল্লবা
খোয়রুনা মোমোন তৌরিবা, হাইকেং কাব ময়ারদনা
য়েংবদা নীংথিজরবা মায়থেং আস উবদা
ঈমীৎ অমীমকসে ঐহাক্কা পূংপেন ওইনা পেঞ্জরে॥ ১০॥

গণ—মহাব্রাহ্মণ! মসিদি অহানবমক্তি নত্তে। অহানবা ওইরবাবু ঈকায় খুম্ননিঙায় ওইবা ব্রাহ্মণবু করিগী পূজা তৌরোইদগে?

বিদূষক—চুরোইদবা মোংনা থোংলবা মোংদোম্দা লাইজ ঈশীং নিরিবা মোঙ্গৌবী শারুরিবোইরে—ঐদি।

পরিব্রা—থাঙ্গেশেংবনি।

বিদূষক—অথঙ্, অহৈশিংনা ফরে হায়বদুনা ঐখোয়গীসু অক্তবা ওইগনি,

অশেঙ্বনি ঐখোয়দি। মসিগী মমাঙদা মালবিকাগী অগোই

ঈশৈবু তাবিখিবা য়েংবিখিবদা ওল্লোক্লা মীংখিজৈ হায়না তাকপীখি। অদুনা এেনা মঙোন্দা মনা অসি পীজরিবসিনি।

( অসি হায়দুনা মহারাজগী খুত্তা শিন্নিবা স্নাখুজি অদুবু লৌখোকই )

মহারাণী—ঙাইহাক্তা ঙাইবিখো। কয়ম্বা মগুণনা মনাকংবা য়াবনো হায়বদু ঈখঙ খঙদনা কন্নিগীদমক স্নাখুৎকী খুজিবু মনা ওইনা পীবিগদৌরিবনো ?

বিদূষক—মীগী মপোৎশি হায়দুনা।

মহারাণী—( গণদাসতা য়েংলগা ) আর্য্য গণদাস ! মালবিকাগী মহৈ মশীং উৎপা লোইরবা মত্রা ?

গণ—ঈবেম্মা লাক্লো এথোয় চৎলসি। ( আচার্য্যগা লোয়নমা ) মালবিকা চৎখি )

বিদূ—( তুমিন্ন ) চান্নজরবা মরুপ মহাকপু সেবা তৌমনবগী এগী ঈয়োশিং হায়ববু অসি মঙায়রে।

রাজা—মরুপ ! ময়োশিংগী মচাঙ কক্লুত্তুনা কৈদৌরুগদগে ?

মহাক্কী মশক্লা যুথল্লক্তা লোৎখবা
ঈমীৎ অশীগী মন্নায়ক অকবদু অমর্দুং
লোৎখিবনি মুঙঙাইজবা পূন্নমক থুগ্মোইগী
খিঙত্রে থোঙত্নু পেল্লবগী ॥ ১১ ॥

বিদূষক—( তুমিন্না ) মহারাজ ! মহারাজ ঈবুঙোদি লাইরব। অনাব-গুনা মমলতিংদবা হিরাক লৌখিমিংলিবরা ?

হরদত্ত—( চঙ্লক্লগা ) মহারাজ ! হৌজিক্তি মনাইনী মতাম থোক্লে, স্নামীৎক্লেং তাবিববা থৌজাবিক্লো।

রাজা—( মথন্দা ) ঐনা খোঁরাংলম্বদি লোইখ্রে। ( কোংনা ) আচর্য্যগী মতাঙ অসি রাম্না খোঁরাংনা ভাইরি।

হরদত্ত—খোঁজাল কংজরবনি।

( নেপথ্যদা ) মহারাজগী জয়! নুমিৎ চপযুংবা মতম ওইরে।
পৃথ্রীদা চোংবা খেঙ্গোংগী মক্লমদা মমীৎ উইদুনা
নৈরি কাঙঙগী মপৈনা থুনু কাঙলুপ্না মুংশাগী
মৈশানা কমমমথিবনা যুমদোন্দ নৈবা থাঙেনগী
মতোন্দা তোঙ্গে চায়দবে, ঈথৌ লাংব মাহোঙনা
কোয়না থক্তা ঈশীংবু কাপ্লিবা ঈশীং পেয়েগী
মায়কৈ তম্না পাইশিল্লি, গুণ পূম্নমক্না মতোন্দা
তিনবগুম্না হৌজিকসে মুমিশুসু তিল্লবনি॥ ১২ ॥

বিদূ—কয়াদা কথুবা লাইবক্নো! চাবগী মতম য়োঁমক্রে। মাইবশিংনা মহারাজগী চাবথকপগী মতম কায়রবদি কত্তে হায়রি। হরদত্ত! করি হায়শগে?

হরদত্ত—মতাঙ অসিদবু অতোপ্পা যাম্নম অমা হৌদোক্লিভাই করি নৈরিবগে?

রাজ—( হরদত্তদা য়েংলগা ) অদুমদি আচার্য্যগী মতাঙদি হয়েং মরেংজরগে ভলিদি পোথাবসমুমে ( লেপলসমুমে )।

হরদত্ত—মা রাখং ভাকপিরেদনা। ( অসি হায়রগা থোকখি )

মহারাণী—আর্য্যপুত্র! মুমিৎ যুংবা মতমগী থৌরম পাঙথোকপিরো।

বিদূষক—ঈবেম্মনু চাবথকপগী থবক পরূপ পরূপ্না পাঙথোকপীক্লরসি।

পরিব্রা— ( হৌগৎলগা ) মহারাজগী মঙ্গল ওইসনু ।

( মীনাই মীশনগা লোয়নবী রাণীগা লোয়ননা চৎথি )

বিদূষক—মরুপ ! মালবিকা হায়রবী নুপীমচা অসিদি মশক্তদা মতমা কলাবিদ্যাদসু মপা লৈতবীনি ।

রাজা— মরুপ !

ফিজেৎকী মপান তাংদনা তরং তরং তেল্লবী ( ফজবী )
মসি বিধিনা অমুকসু পূন্নমক্না য়েংবদা
পূক্নীংহূরবা কলাবা পীনবিরে অদুনা
মাবু কামগী হূ তৈবা তেঙ্গ্নে ওইনা শেম্লে ॥ ১৩ ॥

ওক্নে, হেন্দোক্না ভাংলুবগী কান্নবা লৈতে। হৌজিক্তি ঐগী-দমক করি তৌগদগে হায়বতু খন্না ৎল্লু।

বিদূ—নত্তসু ঐগীদমক থর্দি খনবিয়ু। লামনিবনা ঐগী পূক অসি অশাবা খাঙ্গা চপ মান্নরবনি।

রাজা—হোই, চুম্মী চুম্মী। ৎশুনা নশাগীদমক তকশিন্নকপগুন্না ঐগীদমকসু খন্ন তকশিন্নকউ হায়রবনি।

বিদূষক—হোই তাঞ্জা য়েংবদা তারেদমা !

নোংমা খুন্নবা থাজবু উবদি নোংমা থৈখ্রগনি
মালবিকাবু উবসু অদুগী মতৌগুম্বনি।
মীহাৎপুন্ডদা চৎলরবা,
শদূম পান্নবা লাংজাগুম উরি মডবু ঐহাক্না।
পংহেন হেঞ্জিন্নদি রাদনা থবক পাঙনবগীদমক
ঐদোম্দা হায়বদুদি ঐ পাম্মি।

রাজা—কয়ম্না হেল্লিম্না যাযোইদগে ?

নৈমকোমগী নৈমশিংখু খাদোক্লগা ঐহাক্না
মালবিকাদদা ঈপূক্লীং অসি হাপথরবনি ।
ময়ম অদুনা মহাকসে মপা নৈতবী মুংশিকম্নি ॥ ১৪ ॥

(পুম্নমক থোকখি)

অনীশুবা অঙ্ক লোইরে ।

---

# অহুমশুবা অঙ্ক

(মতুংদা পরিব্রাজিকাগী মনাই মুপী সমাহিতিকা চঙলকই)

সমাহিতিকা—ভগবতীনা ঐভোন্দা সমাহিতিকা ! মহারাণীদা খুদোল পোৎ ওইনা পীরুনবা বীজপূরক অমত্তং পুরকউ হায়না তাকপীখি, অদুনা প্রমদবন ঙাক্লিবী মধুকরিকাগী মনাক য়োক্লখিগে । মহাক্কি সনা মচু মাঙবা অশোক মপাল য়েংদুনা লৈরেদনসে । মনাক্তা চংশিল্লগে ।

(হৈকোম শঙবী চঙলকই)

সমা—(চঙ্‌শিল্লক্লগা) সখি ! মঙ্‌গী হৈকোমগী থবক অসিদি মীং-থিজনা চথরিদনকো ।

মধুকরিকা—এঃ সমাহিতিকা ! ঈতা চঙবিরকউ চঙবিরকউ ।

সমা—ঈতা ! ভগবতীনা তাকপীরকই—"ঐহাক মহারাণীগা উমনিংবনি অদুবু খুত্তা করি অমত্তা পাইদনদি হৌনদে । অদুনা বীজপূরক অমত্তং পীরকউ" ।

মধু—বীজপূরকতি মাক য়ক্কদা লৈরেদনসে । করে হা অনা হংগে মাট্যাচার্য্য অনীমক মহৈ মহৈ থংনৈ হায়বসিনু মখোয়গী

পঙ্কবা অমী অদুমা শাখিবা জগোই অমসুং শকখিবা ঈশৈ অদু উম্বগা অমসুং তাম্বগা ভগবতী কৌশিকীনা কমাবু থাগৎখিবগে ?

সমা—নাট্যাচার্য্য অনীমক শাস্ত্র থৌবা অমসুং উৎপদা হৈশিংবা ঙাক্তনি। অদুবু মাগী পঙ্কবাগী জগোই ঈশৈগী হৈশিংবা মযোং অদুমক্তনা গণদাসবুনা হেন্না থাগৎপিখি।

মধু—মালবিকাগী মরমদা থোকলিবা নৈবাক বা অসিদি তাম্বরা ?

সমা—ঐনা তাববু "মহারাজনা মালবিকাগী মকমদা থম্না পূক্নীং তাবিরীমাল্লে। মহারাণী ধারিণীগী মমাই ঙাকপদগী তোবভম্বগী মযোং অদুদি ফোঙদ্রে। মালবিকাসু নোংম নোংমগী মশা অদু মালতী পরেংগুম্বা লাংশিল্লক্লে, মরক মরক্তা বাস্তুকপসু থোক্লে"। অসিগী তুংদা কম্নি তৌগ্রবনো থঙদ্রে। হৌজিক্তি ঐবু থাদোকপিরো।

মধু—মশাদা পাল্লিবা বীজপূরক ( ছলম ) অসি হেক্ত হেকলো।

সমা—( শাথেক থুথেক তোদুনা হেক্লগা ) চান্নবী ! মতম্ভ অসিদগী হেনবা মহৈ অমা সাধু ওইবা মীশিংগী সেবানা মরম ওইদুনা ফংজরকউ। ( থোকখি )

মধু—সখি ! চংমিন্নসি। সনাগী মচু মানবা অশোক পাম্বী অসি মপাল ঈশাং শাক্লে, অদুনা মহারাণীগী মকমদা মপাল শাৎ-নমবগী মরম তাক্লবা তাবি।

সমা—মতুদি চুম্নি ঈতা। মংগী নথোমক্লি। (অনীমক থোকখি )

(কামগী অৱাবা ফিজম্‌কংলবা নিংথৌ অমসুং বিদূষক অনীমক চঙলকপ)

রাজা—( মশাদা য়েংলগা )

চায়খোইবী মহাক্কী শাখেংনবগী মুক্তাইবা
ফংদবদগী হকচাংসে ওম্থোক্লা ময়েং তাথরে।
মাগী মশক কজবদু উদবনা মীৎসি'স্থ
পিদা তাতুনা মরেরে, অদুবু থম্মোয়! মহাক্তি
শক্তি মমীৎ মানবিদু'গা কায়নবদি মরেত্তে।
অদুনা মংগী মরীদা মুংতাইবদু কংলবদা
করিগীদমক মহাক্লা অমা মৈশা লাংলিবা? ॥১॥

বিদূ—তপথবিয়ু মহারাজ! কপ্তুনবু করি কায়গদগে? মালবিকাগী চায়রবী মতা বকুলাবলিকাগা ঐগা উমহোরে। মতোন্দা মহারাজনা তাকপীবা মরম অদু ঐনা খঙ্হনখ্রবনি।

রাজা—মদুদা মাগা করি হায়রম্বী?

বিদূ—মাগা হায়রম্বা হায়বদু অসিতনি—"মহারাজনা হজৎপিয়ু, অসিগুম্বা থৌদা রায়েল অসি কংজবনা মহারাজনা চানবিরে হায়না লৌজরে। মহারাণী ধারিণীনা মালবিকাবু লিম্না শেম-শেমবগুম্ব শেমদুনা লৈথ্রে। অদুনা মহাক ঈরায় লায়না ফংবা য়াবা পোৎশক অমা নক্রবস্তু ঐনা ফংনহনজগনি"।

রাজা—হে ভগবন্ কাম! থোডথাং খুদিংদা অপনবা লৈবা মরমদা ঐবু পুক্নীং চঙ্হনবিরগা অস্তুককনবা চৈফুবু ঐতোন্দা করিগী ফুবিরিবনো? মতুঙ্দা অমুক ঐনা থাতবা তম্মোইদৌরে।
( অঙকপগা লোয়নবা )

হে কাম! থোৎলবা লৈরাংনা মঙ্গী খুৎশুদি,
অদুবু মাগা পাক্লবদি থুম্মোয় শোক্লা বাবনি।

মীনা মাবু, থোৎলবস্থ থৌই হায়না
হায়নবত্থু উয়ে ঙসিদি মতোন্দা ॥ ২ ॥

বিদূ—ঐনা হায়জন্বিবসিনি—থবক পাঙথোক্লনবা উপায় অত্থুদি ঐনা শিন্নত্থুনা থমথ্রবনি। অত্থুনা অমুক্তা ভপথখো।

রাজা—হৌজিকপু তোগদবা মথৌদা মীংহন্নববা থম্মোয় অসিগা লোয়ননা মুংখিলগী অমেম্বা শন্নক অসি কদায়দা লেল্লুসিগে?

বিদূ—হৌজিকমক ঈবেম্মা ইরাবতীনা অহানবা শাৎপনি হায়ত্থুনা ওন্থোক্লা মীংথিজনবা কুরুবক অঙাংববু থুদোন পোৎ ওইনা থারক্লুনা অমোবা বসন্তগী মতম য়োরকপা শাত্থুনা নিপুণিকাগী মফমদা শীন্নরকই—"আর্য্যপুত্রগা লোয়নন দোলদা তোংমিই" মহাক্লস্থ মত্থু য়াবিথ্রিবনি। অত্থুন প্রমদবনদা লেঙ্লসি।

রাজা—মাত্থু য়ায়োই।

বিদূ—কন্নিগী?

রাজা—মরূপ! মূপী হায়বী অসিদি মহোশানা হৈগন শিঙ্গনবীনি, অত্থুনা ঐনা কনা মাগী কৌয়োই ইন্না চৎলবদস্থু নঙগী সখী অত্থুনা থঙলোয়ত্রা ঐ? অসে অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চংথ্রে হায়বসে?

ইরাবতীনা হায়জনকপা হাকম অসি য়াদবনা
থ্রাইদগী হেন্না ফবনি য়াদনবগী মরমস্থু
মন্নাং কাঙ্গৈনা মৈয়েনি, হেঞ্জিন্না মুংশিশন্নবদি
পূকচেল চাওবী, মুপীদদি থোইদোক্লস্থু কায়দে
তৌশিন্নবদা মথোকই ॥ ৩ ॥

বিদূ—খঙলে—মহাক্তি ঈবেম্মশিংগী মফমদা মরুচেৎনা হাপখ্রবা
অনুরাগ অছু থাদোকপা ঙমদ্রে হায়রবসি।

রাজা—( মুমা খল্লগা ) অছু ওইরবদি প্রমদবনগী লম্মী ভাকউ।

বিদূ—শোমদা শোমদা ( অনীমক চৎপা )

বিদূ—প্রমদবন অসিনা মুংশিৎনা কাইদ কাইদ লেঙলবা উনাগী
মশক ওইবা মথুৎনা থুল্লামতোয়না কৌশিনবগুম তৌরি।

রাজা—( মশাদা মুংশিৎনা য়েবগী অভিনয় তৌদুনা ) শোয়ত্রে, বসন্ত
চঙলক্লে। য়েংউ মরূপ!

কোকিলগী কাওলুপ্না ময়াইকানা খোংলকপা
খোম্থাংনা কয়া মুংশিরি খল্লুবদা বসন্তনা
চানবিদুনা ঐতোন্দা "কামগী মৈচাকপু থাঙ্‌বদা
ময়ারেদনকো" হায়রদুনা হংবগী মতাং মমাদ্রি।
হৈনৌ মপানগী মনম্না চুরবা মলয় মুংশিৎনা
ঐগী ঈশাদা য়েররে, মসিমস্থ য়েংবদা
বসন্তনা মশাগী শোকপদা ওম্মোক্লা মুত্তোয়রবা
মথুবাকপু ঈশাদা থম্বিরবগী মতানি॥ ৪॥

বিদূ—মতম খরদং পুক্লীং ঈংনমবা লেংশিনবিয়ু।

(অনীমক চঙশিনবা)

বিদূ—পুক্লীং চঙনা য়েংবিসি।
প্রমদবনগী লক্ষ্মীনা পুক্লীং চিংশিনববু পাযত্থনা
মথোক কারকপী মুপী ফিজোনবু ঈকায়হল্লিবা
লৈয়াং ফিজোল অসিবু শেৎলিবসি উদবা?

রাজা—ঐস্নু অঙকপগ! লোয়ননা য়েংলিবসিন্নি।

অঙাংব অশোকলতাম। শানোগী থাগী চিনবান্দা
তৈরিবা অলক্তগী মঙ্গুণবু ঈয়ায় লায়না হেন্দোকয়ে।
অমুবা অঙাংবা অঙৌবা কুরুবকনা শানোগী
মশাদা য়েক্লিবা হৈনাবু তথি তথি তৌথরে।
খোইমুগী মশক ওইরবা কজ্জলনা তিল্লবা
তিলক পুষ্পনা শকহেনবী ঈবেম্মশিং কয়াগী
তিলকগী থবকপু ঈকায়হনবগী মতৌনি।
মতৌ অসি উয়গা ঐনা অসিমন্নু মথন্নি,
বসন্তগী লক্ষ্মীনা, শানোগী মুঙঙাইজরবা
ফিজেৎ লৈতেং, থবক্তা উৎলি থোওইদবনু ॥ ৫ ॥

(অনীমক্না উদ্যানগী ফজবা য়েংথি)

( মতুঙদা য়াম্না পূক্নীং মরাংহৌনা মালবিকা চঙলকই )

মালবিকা—মহারাজগী পূক্নীংদি খঙদনা মঙোন্দা আশা তৌজক্নচুনা ঈশা ঈথন্তা ঈকায়জরি। খোয়দিন্নবী ঈভাশিংগী মকমদন্নু তাকথোকপন্নু ঙমজদে। খঙদে, কাম কৌবা লাইনা মতম কয়া কুইনা কোকঙমবা খাঙহৈদবা অবাবগি পীবিখিগদবগে? ( খোঙথাং অমা অনী থাংলগা ) কদায়দা চৎসিগে? (মুন্না রাখল তৌরগা) উম্ মহারাণী ধারিণীনা তাকনীখি—"মালবিকা! গৌতম ( বিদূষক ) না ওথক অথকপদগী দোলদগী তাদুনা ঐগী খোঙ অনী অসি য়াজা য়াজে। অদুনা ঐ চৎপা ঙমজে। নহাক্না সনাগী মচু মানবা অশোক মুকগী

মপাম শাৎননবা থবক অদু পাঙথোক্লুরো। কৰিশুম্বা মহাক্না মুমিৎ মঙানিগী মনুংদা মপাম শাৎলবদি (স্বর কুইনা হোল্লগা) মঙগী মীঙজবা পুম্নমক থুংহনগনি" হৌজিক ঈহান হানবদা অশোক পাম্বীগী মনাক্তা চৎলগে। মতুংদা ঐগী খোঙ্গী নৈতেং নূপুর পুদুনা বকুলাবলিকা লাকনি। অদুনা মীংকুপ থরদং কনা উদ খুঙদনা কপখিগে।

( অসি হায়দুনা খোঙ পাংই )

বিদূ—( উরগা ) ওম্মোকপনিদা! য়ু ঙাওবগী মফমদা মিশ্রী থুংলরে।

রাজা—হাই! থুংলরে হায়ববু কৰিনো ?

বিদূ—থোইদোক্না তরু তরুবদি নত্তবা ফিজোল শেত্তুনা মালবিকামা মথন্তা অনকপা মফমদা লৈরি, মহাক্কী মায়থোং অসি উরগা মহারাজনা কায়ন মৈচাক অমা লৈরে থঙ্গে।

রাজা—( হরাওনা ) মালবিকা!

বিদূ—হোয়!

রাজা—হৌজিক্তি হিংবা ঙম্লগনি।

উপালশিংনা লুমখ্রবা ভুরেলবু থিবা কংদ্রগা
কাঙ্গগী মথোল তাবদা ঈশিং থিরকপা মিপাগী
থম্মোয়না তৌবগুম ঐগীসু মালবিকামা ঈনাক্তা
লৈরে, মপাও তাবদা থম্মোয় নীং নীং লাওরক্লে॥ ৬॥

ঈকায়থুম্ননিঙাই ওইবী মহাক অদুদি কদায়দা?

বিদূ—উরক্তগী থোরক্তুনা অসোমদা চঙশিন্নকই, তো! তো! উরেসে। ( থিন্দুনা তাকই )

মপুং মথৈ ফাম্নবা মিঙচুমা মাগী ওইরিবী,
মথ্বাংমা চেংত্রিক চেংলিবী, য়াংলবা থাবু পুম্নিবী,
শাংলবা মমীৎ পাল্লিবী ঐগী থবায় ওইরিবী
মহাক অসি চঙলক্লে ॥ ৭ ॥

মরূপ—মমাঙৈদা ঐনা উখিবা মসিগী শকফমদগী ঙসিগী শকফম্না অমুকন্থু হেন্না মীংথিজখ্রে।

মথজাইʼসিনা মসিগী লাঙোমগুম্না তাইরে,
অসিগী মথক্তা মসিনা ফিজেৎ লৈতেংগী চাংতম্লে।
বসন্তঋতু লাক্লবদা অরিবা মনা পাল্লিবী
লৈশাৎ মকালামত্ত্রিবী কুন্দলতাগী মতৌনি ॥ ৮ ॥

বিদূ—মসিন্থু মহাককুম্না কামগী লায়না পক্লবনি।

রাজা—সুংশিবমক্তমা থল্লিবনি।

মালবিকা—মীংথিজয়ব মীংজবা পূম্নমক থুংহনবিগদবা মীংথিবীশিংগী খোঙ্গাওদবু ঙাইহৌতুনা লৈম্নিবা, লৈয়াং ফিজোল শেত্ত্রবা সনা মচু মামবা অশোক অসি কায়না মৈশা লাংলবী ঐগী অবা থুহ্নুং ইল্লি। হৌজিক মসিগী, ফজবা মরুম লাংলব। ঈংলবা সুংপাক থক্তা ফমচুনা ঈশানা অমুক্তং পোথাহল্লুখিগে।

বিদূ—তাবিত্ত্রবরা করিনো—ঈকাই থুম্নমিঙাায় ওইবী মালবিকানা "কায়না মৈশা লাংলবীনী" হায়ম্নিবা রাসে?

রাজা—মহাকী রাহৈ থরসি তাবগা মহাক ঐঙোন্দা খোয়দারবিনী হায়বা বংগী অনুমান অসি অচুম্ব মত্তে হায়না ঐনা খিংই।

মরমদি—
কুরুবক লৈরাংগী লৈম্নিকশিংবু পুচুনা

মাকোক্তংখ্রবা মমাগী মহী অদু পক্তুনা
মামিবা মলয়নুংশিংমা মরম স্নাওদবা উৎকণ্ঠা
য়ৌনবু পোকহনবনিকো ॥ ৯ ॥

( মালবিকা কমথৈ )

রাজা—মরূপ ! ঐথোয় অমীমক উরী মরুমদা থুপসি ।

বিদূ—অরাপ্পদা ইরাবতী মামবী অমথক উবে । ( য়েংই )

রাজা—থম্মালবু উরগা শামুনা কুশীরবু মাচুংবা হৌনর্বা ?

মালবিকা—হে থম্মোয় !

অবেপ্পা আলম্বন লৈত্রিবা, মতীক মপা চাদবা আশাদগী
হন্দোক্লো । কন্বিগীদমক অবেম্বদা ঐবু অবাবা পীরিবনো ?
( নিংথৌরোমদা বিদূষকনা য়েংলগা )
কৈবোমতাবু য়েংলগা লফুগী মতৌগুম নীংথিবী—!
পুরীং মৈশা লাংবগী উত্তে মরম অমসু
অমুমাননসু অবেপ্প খঙবা ভম্নসু মরৈতে ।
অদুমদি ওইদুনসু তেংথাখিবদু মহাক্লা
ঐগী দমক্লি মথল্লি । ১০ ॥

বিদূ—হৌজিক্তি চিংমনিঙাই লৈত্রে, মালবিকা মহারাজগী ওই-
রগদি । মহারাজগী কামগী অবা মৈশা পূম্নমক মজোন্দা
শিৎ শিংমা তমখ্রবী বকুলাবলিকা অচোকপদা য়ৌরক্লে ।

রাজা—ঐথোয়গী রা অদুবু মামা নীংশিলমগদ্রা ?

বিদূ—ঐমক্লসু কাউদ্রিক্ত্রৈদা মীনাইমুপীগী মচা অসিনা মহারাজগী
অদুক লুবা পাউ অদুবু কাওগদ্রা ।

( নূপুর পায়দুনা বকুলাবলিকা চঙ্লক্লগা )

বকুলা—ঈতা নুঙঙাইবিরিদনা ?

মালবিকা—এঃ ! বকুলাবলিকা ! নাক্লেদনা, নাও ফম্লো নাও।

বকুলা—( ফম্লগা ) ঈতা ! মতীক চাবী অমনি হায়দুনা মহোন্দা ঈবেম্মা রাধোনীনা থবক অসি পীরবিরে। কদায় মখোঙ মামা তিংথোকউ। অলক্তক তৈরগা নূপুরনা লৈতেংবিগে।

মালবিকা—( মথন্দা ) হে থম্মোয় ! মতীক চাবা সম্পৎ য়োৎক্লে হায়বদুনা নুঙঙোই ঈরাংদা তাউদুনা কায়দে। করম্না ঈশা অসি মাঙ্হোকসিগে ? মক্লগা অশিবগী লৈতেংদুন ওইদুনা তোক্লরক্লা ?

বকুলা—করি থল্লিবগে ? ঈবেম্মা মহারাণীনদি অশোকবৃক্ষ অসিগী লৈশাৎ লৈতম্লবগীদমক ওম্হোক্লা খোৱাংনা ভাইবি।

রাজা—তৌরিবা থোৱাং অসি অশোক বৃক্ষগী লৈশাৎনবগীদমক্লা ?

বিদূ—খঙবিদ্রিবরা করিনো ? "মহারাণীনা মহারাজগীদমক মালবিকাবু লৈমকোনগী লৈমশিংনা শীজিন্নগদবা লৈতেংনা লৈতেংবিরগবি" হায়বসে।

মালবিকা—( মখোঙ তিংথোক্লগা ) সখি ! ঐগী ঈরাঙদদি ভাকপীহু।

বকুলা—ঈতা ! নশাদা মখোঙ থম্মবু করিগী নামবনো ?

( অভিময়গী মরোঙদা খোংগী লৈতেং তৌই )

রাজা—য়েংউ মরুপ ! চামবী'সিগী

খোঙচেপ্তা পক্লিবা অচোৎপা মঙ্গ'সে

শিবগী অশাউ মৈদুনা উৎওইখিবা কামগী

মশক ওইবা উপালগী চোংলকপা অহানবা মমাঙুম
কয়াদা নীংথিজরীবা ? ॥ ১১ ॥

বিদূ—ঈকায় খুম্নিঙায় ওইরবী মালবিকাগী খোংচ নৌজরবা মখোঙদি। শিন্নবিরবা মথৌসু মাগা চানবা মথৌনি।

রাজা—মঙনা হায়রিবসি অচুম্বাম।
মালবিকা হায়রবী শানৌদে অনৌবা উনাঙুম ভাংলবা
খুজিনগী চাইদোক্লবা মঙাম্না তিল্লবা অচোংপা মখোঙনা
নৈশাংনবগী ময়ম ওইরিবা শানৌগী মখোঙনা কাওবনু
ভাইদুনা নৈরিবা অশোকবুস্থ, অহানবা মরাম ফংলবা
মকোক নোল্লিবা চান্নবুস্থ কাওবদা মতীক চাবনি ॥ ১২ ॥

বিদূ—প্রেমগী মরাল নৈরবা নহাকপু ঈকাই খুম্নিঙায় ওইবী মালবিকানা ফুরখিগনি।

রাজা—খোক্লগদবা উরবা ব্রাহ্মণগী রাথং ঈকোক খোংনা নৌজরে।
(মতুংদা মদ্যপানদগী ভাওরবী ইরাবতী অমসুং চেটী চঙলকপা)

ইরাবতী—ইতা নিপুণিকা! ভাওবা হায়বসি নুপী ওইবশিংগী খোইদোকপা নৈতেং অমনি হায়না হায়নরকপা অজিবু অচুম্বরমে ?

নিপু—হান্নদি চুম্নগী ভাংনম্বদনি, হৌজিক্তি থাঙ্গশেংনা চুয়ে।

ইরা—ঐবু হেম্না নুংশিবগী কান্নবা নৈডে। হৌজিক হায়রবু য়েঙসি দোলাগৃহদা আর্য্যপুত্র হান্না লেঙঙক্লে লেঙঙক্লে হায়বসে ?

নিপু—ঈবেম্মবু মহারাজনা চানবদি হায়নিঙাই নৈভবনিবা হান্না লেঙবিরক্তুনা নৈরে।

ইরা—পেরনবা রানদি ( চিরোয়া ) কায়দে। মীচং মীথায় মাইদনা চপচামা হায়য়ু।

নিপু—বসন্তোৎসবকী থুদোন কংনিংলবা আর্য্য গৌতমনা হায়খ্রংবনি। অদুনা ঈবেম্মা পরপ পরপ লেঙবিয়সি।

ইরা—( খোঙকম চোইনা চৎলগা ) ঈতা! ঐ য়াম্না যাবে—, আর্য্যপুত্রবু উজনিংবদি লোয়ররবনি ; অদুবু খোঙ অসিনা থাংবদি য়াত্রে।

নিপু—ঐখোয় দোলাগৃহ য়োৱেদনা।

ইরা—নিপুণিকা! মকম অসিদা আর্য্যপুত্রবু উদেনা!

নিপু—খিবিয়ু—কাগি তোগে হায়দুনা শোয়দনমক মহারাজ মকম অমদা লোত্তুনা লৈবিরম্বা য়াই। প্রিয়ঙ্গুলতানা কোয়শিন্নবা অশোকবৃক্ষগী মখোঙদা লৈম্নিবা মুংপাক লোমদা লেঙশিল্লসি!

ইরা—করে, চৎলসি।

নিপু—( য়েংলগা ) ঈবেম্ম মীৎয়েং তাবিয়ু, হৈনৌমপান হেক্লে,বনা ককচেংনা চীকলে!

ইরা—করি হায়ম্নিবনো?

নিপু—বকুলাবলিকানা অশোক পাম্বীগী মখাদা মালবিকাগী মখোঙবু লৈতেংলি।

ইরা—( চিংন চিংনমা ) মহুমক্তি মালবিকাদদি মতীক চাদেনা, মতমদি করি থলি?

নিপু—দোলদগী তাদুনা দেবীধারিণী খোঙ থাংবা য়াত্রে। অদুনা থবক অদু ধারিণীনা শীমবিরমাল্লে থলি। মত্রবদি মবেমগী

থবক অদু ধারিণীনা শীন্নবিরমাল্লে থদ্রি। নত্রবদি মবেম্মগী চরণগী অলঙ্কার অদু করম্না মনাইদ শীজিন্নবা তাকপীগদগে ?

ইরা—ঐদি মরম অসিনা ওম্লোক্না চিংমখ্রে।

নিপু—মহারাজনু থিবিদ্রবদ্রি করি তৌরে ?

ইরা—খোঙ থাংজুনা চৎপা যাদ্রে। কোক অসি উক্কক কৈত্রে। ফরে, চিংনবা পুম্নমকসি মরু ফংনা খঙলগা চৎপা তারে। (মালবিকাবু যুম্না যাখল তৌরগা মথন্দা) ঐগী থম্মোইনা থুক্রিবসি ওইনা য়াই।

বকুলা—(মচু শঙলবা মখোং অদু উংতুনা) অলক্তক মহী তৈশিবসি পুক্লৌং থুংলেদনকে ?

মালবিকা—ঈশাগী ঈখোঙমিনা থাগৎচগদবদি হল্লোয়। কমানা নঙবু অসিগুম্বা মহে অসি তম্বিরকপগে ?

বকুলা—মহারাজ ঈবুঙ্ঙোনা।

বিদূ—অদু ওইরবদি গুরুদাক্ষিণাগী শেম শারে।

মাল—মখোই কাদ্রবসিমক নঙগী লাইবক্নি।

বকুলা—ঈহৈগী মতৌক চাবা খোঙ ফংজরবনিনা হৌজিক্তি মখোই কাজরগনি। (মখোঙদা তৈরিবা অলক্তকদু য়েংলগা মথন্দা) ওঃ এগী নাপল মচৈ য়াল্লে। (কোংনা) সখি! নখোঙ নামগী অলক্তক তৈবা লোয়রে। হৌজিক অচোৎপসি কংননবা চান্না কান্নগা লোইরে। নত্রবস্তু মকম অদিদা অকনবা মুংশিংস্তু মশীংলি।

রাজা—মরূপ য়েংউ য়েংউ ;

অচোৎপা অলক্তক তৈরবা মখোঙ অসিবু ঈচীন্না।
কামদুনা কংকঞ্জুরবাদ অহানবা সেবা ওইগনি ঐগী ॥ ১৩ ॥

বিদূ—কনিগীদমক নিঙঙমদ্রবনো ? পুন্সি চুপ্পা অসিমক্তা তৌহনা লৈগদৌরিববো ;

বকুলা—ঈতা! অঙাংবা থম্বাল চামনিপালগুম মখোঙমা কজরি। নিংথৌগী মথুক্তা তাকবা ওইয়ু।

(ইরাবতীনা নিপুণকাদা য়েংই)

রাজা—মসি ঐঙোন্দাদ আশীর্ব্বাদনি।

মাল—থৌগলজোনা কায়বা রাদি ঙাংগনু।

বকুলা—হায়কম খোকপবু ডাংবনিমা।

মালবিকা—ঐবু মহাক্কা চানাবিবগীনি ?

বকুলা—ঐদনা চানবা নত্তোয় ;

মালবিকা—অদুগ কনা অমনা ?

বকুলা—পোৎকী মগুণ খঙব মপুনস্থু।

মালবিকা—মঙ্, অমা নত্তু মত্তবত্তক্তা ঙাংই, অদুগুম্বা গুণ অদু ঐঙোন্দা লৈজদ নত্তে ;

বকুলা—থাঙ্গৎশেংনা নঙোন্দা কৈদা লৈতেকো ? মহারাজগী মীংথি-জরবা রাজেশাংমরবা স্না হকচাং অসি উরগা মহুবুদি মথঙলে।

নিপু—পাঞ্জিশিংগী অহানবা থুংহোৎকুম্বনি, আশা কাইরবীসিগী পাউথুমদি !

বকুলা—"প্রেমনা প্রেম মশক খঙগনি" হায়বা মহাজনশিংগী বা অসি লো—।

মাল—মঙ্গ্না নিংবতুতা ঙাংলিবরা ?

বকুলা—মঙ্গেনঙ্গে, পুম্নমক অসি মহারাজনা নীংবঙাক্কমনি। মহারাজনা গোতমগী মচিন্দগী থোংচ নোঙরবা মুংশিন্নব বাহৈশিং অসি হায়দোকহল্লকপনি।

মাল—মহারাণীবু নীংশিংলুবগা ঐগী পুক্নীংমা থাজন্দে।

বকুলা—অপঙ্বী! খোইমু তোংলগনি হায়রুনা বসন্তগী লৈজবা সম্পংখিবিক্কী মশক ওইরবা হৈনৌ মপালবু নাদা চিন্নবোইরনে ?

মাল—অদু ওইরবদি অরুবা থবক অসিদা খুৎথাগিবা ঐগী ঈতেং পাংবা তারেদো নঙ্না।

বকুলা—খুদোং থীর থীরগা তপংবনা তেনবী বকুলাবলিকা হায়বী অদু ঐনে।

রাজা—ফজে; বকুলাবলিকা ফজে।

মালবিকাগী ঐঙোন্দা লৈজবা পুক্নীংবু ফোংদোকপা
লংনবাহৈগী মহাক্কী মতীঙচাবা পাউখুম পীরুনা,
মপুক্নীং খঙলগা মাগী ঈথাং পোকহনখি মাবু।
পামগনবশিংগী নথবায় দূতীশিংগী মথা পোনবনি
হায়বসি পুমচুম চুম্মনি ॥ ১৪ ॥

ইরা—ঈতা! য়েঙু,—বকুলাবলিকানা মালবিকাবু মানা হায়ব পুম্নমক ইলহনগদবগী হেৎনরিবসে।

নিপু—ঈবেম্মা! বকুলাবলিকামা তোঙরিবসিদি মহারাজগী য়াথং মতুঙ ইন্নি।

ইরা—ঐগী পুক্নীংদা চিংমরম্বড় থাঙ্গৎলে। অদুবু কোকিলঃ কোয়ায়োনা মুন্না খঙলগা কম্বি তৌগদগে হায়বড় খনবা তারে।

বকুলা—মখোঙ অনীগুবগী অলক্তক মহী তৈবস্ন লোইরে। হৌজিক্তি মখোঙ অনীমক নুপুর শিজিন্নগে (অভিনয় তৌদুনা নুপুর শিজিনবিরগা) ঈতা! হৌগৎলগা মহারাণীনা শীন্নরকপা থবক অদু পাংথোক্লো। (অনীমক হৌগৎপা)

ইরা—মহারাণীগী য়াথংদি তারেদনা; ফরে য়েংঙসি, কম্বি থোকপগে হায়বড়।

বকুলা—রাগ চেন্নবা, উপভোগগী মতীক চারবা (অশোক) সে মমাঙদা লৈরে।

মালবিকা—(হরাও হরাওনা) মহারাজবু হায়বরা?

বকুলা—(মোমোন মোক্তুনা) মহারাজ নত্তে! অশোক মশাদা চোংবা মনা চবুলম্মি। নাকোংদা চিল্লু।

(মালবিকানা অবাবগী অভিনয় তৌই)

বিদূ—মাহে অদু তাবিহৌব্রা?

রাজা—মরুপ! অপাম্বনা খুদুম চনশুবশিংগী মফমদদি হাকপু হাকমনশুবনি।

| | |
|---|---|
| থাইনা মৈশা অমনা লাং | অমমদি লাংদবা |
| নিপা মুপী অদুগুম্বা | পূক্নীং পাংশোইদাইরবা |
| অনী অদুনা কংমজবা | ঐনা মদুবু পামজদে |
| মহে মহে নীংমজবা | ফিভম অদুদা থুংনবগী |

আশাদি লৈতবা মতম অহুদা থবায়না
মাঙখ্রবসু ফবনি ॥ ১৫ ॥

( অমৌবা উমা মাকোংদা চিন্দুনা কেনা কেনা অশোকদা খোঙনা কাওই )

রাজা—মসিদগী মসিনা নাচিন ওইবদা য়াম্বা
অশোক মনা লৌদুনা মখোঙ কাওরি মডোন্দা—।
অমী অসিগী মাম্নবা— পোংশকপু ওম্নবা
অসি উরগ: ঈশাবু অয়েম্বা ওইরে থল্লক্লে ॥১৬॥

মালবিকা—অশোক পাম্বী অসি হায়বা ইন্দবা হায়বদু ওইবা তারে। মপান শাংননবা থবক তৌরবা কাওবদসু মপাম ঈশাং শাত্তে। ঐখোয়না কোংনক্লবসিবু—মহৈ য়ামগদবা ?

বকুলা—ঈতা! মডগী নয়ান নত্তে। মখোঙনা শোকপিরবকাওবদা মপাম শাংপদা খিল্লবাদ মশাম: মগুণ রাংচরব হায়বডুনি।

রাজা—হে অশোক মহাক্লা থাংনা থুদাপ লাক্লিবী
মালবিকাগী নূপুর মখোমসু তিল্লবা
মখোঙনসু শোকপিয়ে অসিদসু মহাক্লা
য়েম্লিং চোংগে হায়দম্বি, অদুমদি মহাকসে
অপাঙ্গী মখা পোল্লব: মাগী মতোগুল্লবা
অয়েম্বা খোঙ্গাওবু পুরিবোই ওহোকই ॥ ১৭ ॥

মরুপ! মখোয় অনী ডাংনশানবা লোইখিবা মতাং অনিদা চঙমিংলে।

বিদূ—লাও মডোন্দা ফাগী তৌসি। ( অমাংক চঙই )

নিপু—ঈবেম্মা ! ঈবেম্মা ! মহারাজদি অশোমদা লেঙলিল্লক্রে ।

ইরা—ঐমা থল্লম্বদুমক থোক্লবনি ।

বিদূ—( চঙলিল্লক্লগা ) ঈকায় খুম্ননিঙাই ওইবা চাম্নবা মরূপ অসি লৈরিবৈদবু অশোক বৃক্ষদা ওইগংবা মথোঙনা কাওবসিবু মতীক চাবরনেসে ।

অনীমক্কা—( মালবিকা বকুলাবলিকা অনীমা ) ( ঈকিং কিংনা )

এঃ ! মহারাজ ঈবুংঙো ! জয় ওইবিয়ু, জয় ওইবিয়ু ।

বিদূষক—বকুলাবলিকা ! নঙদি পূম্নমক অসি মুন্না খঙলিবান, অদুগা করিগীদমক অসিগুম্বা থোওই উশিত্তবগী মশক ওইবা থবক অসি তৌক্লিবদি ?

( মালবিকা কিবগী অভিনয় তৌরি )

নিপু—ঈবেম্মা য়েংবিয়ু, আর্য্য গৌতমমক্কা করিমো তৌরিবসে ?

ইরা—অসি কক্রবদা তেৌল্লবা ব্রাহ্মণ অসিনা বহম্না চিংগনি ।

বকুলা—আর্য্য ! মনাই অসি ঈবেম্মা মহারাণীগী য়াথং ঙাকচরুবনি, মাগী য়াথং লংনবদি মনাই অসিগী মতীক লৈজদে অদুনা মহারাজনা ঙোক্লানবিয়ু ।

( অসি হায়দুনা মালবিকাবু পুশিন্দুনা মহারাজদা থুরুমজবা )

রাজা—অদু ওইরবদি নঙদি করিস্তু লাঙ্গুদবীনি । ঈবেম্মা চৌগৎলো

( মালবিকাবু পায়দুনা চৌগৎপিবা )

বিদূ—মহারাণীগী ঈকায় খুম্নবা ঙাকপদি চুন্নি ।

রাজা—( নোক্কুনা )

কেজবী কৈবোম নীংথিনী ! উপালগী অকনব উকাদা

অনৌবা উনাগুম খোৎচবা—ওইথংবা মখোঙনা
কাওরুবদি নাদ্রা ? ॥ ১৮ ॥

( মালবিকা ঈকায়বা উৎলি )

ইরা—আর্য্যপুত্রগী থম্মোইদা মাঙনবুক খোৎখুমাল্লেদো !

মালবিকা—বকুলাববিকা ! লাক্লো, মহারাণী ঈবেম্মনা ভাকপীরকপা য়াথং ভাকচখ্রে। ঈবেম্মদা হঙৎলুরসি।

বকুলা—মহারাজদা য়াথং পীনবিরো হায়না হঙৎচৌ।

রাজা—ঈবেম্মা ! চৎলগের ? ঐগী মতাঙ চারবা হায়জ বাহৈ অসিদংদি ভাখো।

বকুলা—মপুক্লীং চঙনা ভাও ! কন্নম্ব সনা য়াথং ভাকপীসি।

রাজা—লৈশাত্তবদি অশোক মথন্দ নত্তে ঈবেম্মা !

মতমকুইরে ঐহাক্লা ভপখবা ভঞ্জরকাত্রবা,
মরম অদুনা মহাক্না অনবু পামজবা লৈত্রবা
ঐবু শোকচনবিরগা মীংজবসি থুংহনবিরম্মু ॥১৯॥

ইরা—( থুদক্তা মকশিল্লক্তুনা ) থুংহনবিরম্মু, থুংহনবিরম্মু। অশোকদি মপান শাত্রে, অদুবু মহারাজদি মপান শাত্রবস্থ হেক্তা মহৈ য়াল্লগনি।

( ইরাবতীবু উবদা পুম্নমক ফিংনৈ )

রাজা—( খাল্লগা ) মরুপ ! হৌজিক ভাগদোববু করিনো ?

বিদূ—হৌজিকপু করি তৌমিডাই লৈরি চেনবা নত্তনা।

ইরা—মুঙচাইদা ! বকুলবলিকা ! নঙদি অফবা থবক তৌরম্মীদা ! হৌজিক্তে নবুডোগী নিংজবা থুংনবা থৌরাং তৌরো।

অনীমক্কা—ঈবেম্মা ! য়ারোবিগনু—মনাই ঐখোয়দি তোল্লবীনি, মহারাজগী স্নাপুক্লীংতাবা য়াবা মীশক মৎচদে।
( অনীমক থোকখিবা )

ইরা—মিপা হায়বাসি থাগৎনিঙ্গায় ওইদে। লৌনম চাউবসিগী মমথাক য়াহৈ কয়াদা থাজদ্রনা লেরুরে। ব্যাধগী শৈশক্কা শুমথ্রবা শাক্ত অমোমগুম্না ঐনা মসিগী লৌনমসি হান্নদি থঙ্গলমদে।

বিদূ—( ভুমিন্না ) হৌজিক অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ অমত্তংদি থুম্বিয়ুদনা। মী চিকপা ঈশীং ময়াদা হুন্নানবা ফারগা মামা মতম অদুগী খোকপা উপায় অমমা মশাকনবগুম কমবা ভাবন্না —অমত্তংদি থুম্মু।

রাজা—নিংথিবী ! মালবিকামা ঐগী খোইদোক্পা কায়নিঙ্গায় নৈত্তে। মঙ্গনা লাকপদা থমদং থিনবন্ধুদা ঙেহাক পুক্লীং মুঙ্গাইনবা হায়দুনা হোৎনরুবদনি।

ইরা—ঐমা আর্য্যপুত্রবু থাজগুব ঙমদ্রে ! পুক্লীং পেন্নবা পোৎশক অমথক মহারাজনা কংবিয়ম্লে। মতুদি মনাই ঐদি থঙ্গজরমদে। থঙ্গজরম্লবদি লাইবকথিবা ঐশা অসিগুম্বা মমচৎ অসি চৎচরম্লোইদবনি।

বিদূ—মখোয় পুন্নমক্কী মফমদা মীচং মীথাই মাইদবা মহারাজনি, মহাক্কী কায়শনবদি তৌবিগনু। মহারাণীগী মশাই মুপী অলিগা চুম্রগী য়া অমা অনীদং ভাংনবকাওবা য়াত্রবদি মলিগী অক ফত্ত পুন্নমক থঙবিরকথিগনি।

ইরা—ফয়ে ভাংমবিরৌরো—। অসিগীদমক ঈশাবু করি বাহঞ্জ-
রুগদগে ? ( অ'স হায়দুনা শাওনা পোকখিবা )

রাজা—( তুং ইন্নদুনা ) ঈয়েম্মা শাউবিখিগনু ।

( ইরাবতী, মেখলামা মপোঙ পুল্লদুনা চৎলি )

রাজা—খীংশিবী খীবু পৌ:ঈদিদি কয়া ফজদে।

ইরা—খীনম্বা! ঈবুড' নাং্ক' অমুক থাজবদি ভমজয়রোই—।

রাজা—চান্নবী! ঐবু নঙ্গা নুং খঙবিবমিকো,
অদুবু চৈরি ঐঙোন্দা মী:শ হায়দুনা।
মখোঙনা তুঙনা হায়জরি মেখলামা মাঙান্দা
নঙ্‌মা আসমক্তুদা করিগী ভাখিনা তৌরিবা ? ॥ ২০ ॥

ইরা—পুকচেল ফজবী অসিংতু ঐঙোন্দা য়েংলি।

( মেখলা পায়দুনা ফুগে হোংলৈ )

রাজা—মরূপ! ইরাবতী অসে
চেকশিন্দবদগী থাংদগী
ভাখবা সনাগী মেখলামা
ঐঙোন্দ ফুগে পৌরাংলি।
উকুন্দা মসিবু
মোংগী পয়েংনা মোংথাঙ্গী
মতেঙনা বিন্ধ্যচাঙ্কাওবু
ফুগে থৌরাংবা মতানি।
য়েঙঙু নেসে মসিনা
পিরাং মোংগী মরীবু
চুথরক্লি উদবরা ? ॥ ২১ ॥

ইরা—ঐবু অমুক লালহনবিরিবরা ?

রাজা—( মেখলা পায়রিবা থুংপু পায়দুনা )

হে শয়াংনা খোইখোইনরিবী !
ঈরাল্লেবনি হায়দুনা
ঐবু ফুমবা থাঙ্গংপা
মেখলাবু কনিগী থাদরি ?
কেবা মথল অমসু খোকই মতুমরুসু।
নথা পেংগুবা ঐখোয়দা
শাউদবরসু মশাওই ॥ ২২ ॥

ঐগী ঈরাল পুন্নমক ঙাকপীগে য়াখিরে হায়বা থঙ্কুমে।
( হায়দুনা মখোঙ অনাদা তুব )

ইরা—মসে মালবিকাগী মখোঙ নত্তে—নঙগী সুঙঙাইবা আশা থুংগদবা। ( অসি হায়দুনা মীনাই নুপীগা লোয়ননা চংশবা )

বিদূ—লেঙখৎপিয়ে ; মসিবু পেমনবা তোবদি ঙাম্বরোই।

রাজা—( হোগংলকপদা ইরাবতীবু উত্রবদা ) চানবী অদু চংতা চংখ্রবরনে ?

বিদূ—মরূপ ! তোন লমচং কায়না শাউবন্নবী মহাক অদু লাইনা কুহুনা উচিন্না চংখ্রে। অদুনা মঙ্গলগ্রহনা অতোপ্পা রাশি অমদা লাকপগুন্না মহাক্না অমুক লাক্তি্রঙগী মনুংদা মক্কম অসিদগী পনবা তোদনা চখোকহোরসি।

রাজা—কামগী ব্যবহার হায়বসি ওহ্নোক্না তমথিখ্রেদা ! য়েহেতু চাঙ্করবী মালবিক মাঙান্না পূরুগী নসি শাপশি, অদুনা থুকম্বগা লোয়ননা মাগী সেব ফাওবা তোখি। অদুবু মানা করিসু

খোঔইবিখিদে। অদুনা ঐখোয়গী অকনবনি হায়বসু খল্লক্লে। লুংশিজরবী ইরাবতীনা শাউরদুনা ঐগী ব্যবহার অমত্তবু খোঔইদনা চংখিংসিনদি মাবু খোঔয়দবদি ঈরাই লায়না থোক্লে।

অহুমশুবা অঙ্ক লোইরে।

---

# মরীশুবা অঙ্ক

( মতুংদা পুক্নিং লাংঙ্তক্লবা মহারাজ অমসুং প্রতীহারী চঙলকই )

রাজা—( মথন্দা )

নাকোংনা তাথবা মহাক্কী
শাশানা ময়োল চোংলবা,
ঈনীংনা উরবদা মহাকপু
অনুরাগগী মমা পাল্লবা,
ঈথুংব মাবু শোকপদা
হক্ত ইমাল চুংবদগী
মপাল শাংগুম চোৎলনা
কাম কৌরবা উপালনা
মাগী মহৈবু পাল্লবা
ঐবু খল্লহনবিগনি মহাগুবু ॥ ১ ॥
( কোংনা ) মরূপ! গৌতম!

প্রতী—মহারাজগী জয়। মরা মাক্তা গোতম লৈক্তে।

রাজা—(মথন্দা) উম্ মালবিকাগী ঈ-পাউ খঙমনবগীদমক ঐনা থাখি।

( বিদূষক চঙলক্লগ )

বিদূ—মহারাজনা জয় ওইরে !

রাজা—জয়সেনা ! মহারাণী ধারিণীগী খোঙ নামগী সেবা মনাই সুপীশিংনা করম্ব মফমদা তৌরিবগে ? চৎলু হঙঙু চৎলো।

প্রতী—য়াম্না ফগনি মহারাজ। ( থোকখি।

রাজা—গোতম ! ঈকায় খুম্ননিঙায় ওইবী মচন মালবিকাগী মরেভু করম তৌখিবগে ?

বিদূ—হৌদোংনা লাকহৌবী কোকিলাগী ফিবম অদুনি।

রাজা—( অরাবগা লোয়ননা ) করম্না ?

বিদূ—পঙ্জরবী মালবিকাদো পিঙ্গলাক্ষীনা চৌঙী খরোনবগুপাগী মতৌগুম্ব লৈনুংলম্নৈদা থমজিনখ্রে।

রাজা—মাগা ঐগা ররা লৈনৈ থঙনা থঙনা ?

বিদূ—থঙনা থঙনা।

রাজা—ঐখোয়দা লোৎলিবা অদুগা দেবীবু শাউহল্লবা মীশক অদু কনানো ?

বিদূ—তাবিয় পরিব্রাজিকানা ঐভোন্দা তাকপীরকই—ভুরাং মহারাণীগী খোঙদা লোকাখিবা অদু কৈ কন্তে মরোল অমা থুঙনবা হায়দুনা ঈবেম্মা ইরাবতী লেঙবিরক্লম্মী।

রাজা—অদুদগী করম তৌরে—?

বিদূ—মতুংদা মহারাণীনা ইরাবতীদ হঙ্খি—'থবাগী মপু কাশ্য-পুত্রবু উরকপরা'? মতম অদুদা ঈবেম্মা ইরাবতীনা খুমখি—ঈবেম্মখোয়না মহারাজবু থবগী মপু হায়বসি কয় লেম্বা রাকম থোক্কে। অসেমদা কনাগুম্বী মচা মনাই অমগী

থবায়গী মপু ওইখ্রবনি হায়বগী ঈ-পাও অসিদি ঈবেম্মখোয়দি ফংবিবা মত্তেমে।

রাজা—মরম পূম্নমক লোইনা থঙ্গ্রবস্ন ইরাবতীগী বাতাং অসিদা মালবিকাগী মরমদা চিংনকল্লবনি।

বিদূ— অতুদগী ইরাবতীমা মহারাজগী ফজদবা লমচত্তুংদি পন্দনা থোদোক পূম্নমক থবায় মুঙ্গাইত্রিবী মহারাণীদা তমথোকখি।

রাজা—থঙলে, দেবী ইরাবতী শাউবগী পন্দোন লোমগ্রে। মতুঙদা করি থোকখ্রে তম্মু।

বিদূ—করি অমুক হঙ্গৎকান। মালবিকা অমস্নং বকুলাবলিকা অনীমক মখোঙ য়োহ্নিলং চন্দুনা মুমিৎ থা মশক উদনা নাগকন্যা অনীগুম পাতালদা লৈরে।

রাজা--অবাবনি, অবাবনি।

খোম্থোক্লা নাকোং পেলহনবী কোকিলা ভ্রমরী অনীমক
অশাৎপা হৈনৌ মপামগা লৈজরম্বনি লোয়নমা
অকমব মায়োক মুংশিৎনা হুয়কপা মতমম্ন চাদবা
মোংজুমা মখোয় অনীবু উক্রোঙ মুংদা চঙহনখি ॥ ২ ॥
মরম অসিদা ওইবা য়াবা উপায় করি লৈরিবগে?

বিদূ—করম্না লৈগদগে? মরমদি লঙ্গৈশঙবী মাধবিকাগী মফমদা মহারাণীনা য়াথং থাদোকখি—"ঐগী ইমীং থাব খুদোপ উত্রিবা মখৈ মঙনা মালবিকা অমস্নং বকুলাবলিকাবু থাদোক্লকনু"।

রাজা—(স্বর ফুইনা হোন্দোক্লগা) বাথল তৌরগা মরুপ! করি তৌসিগে হায়ম্মু।

বিদূ। ( মূন্না খল্লুরগ ) উপায় অমদি লৈ।

রাজা—করিনো ?

বিদূ— ( কোইয়েং য়েংলগা ) কনাগুম্বনা তাখিবস্থু য়াই। অদুনা মহারাজগী স্না মাকোংদা হঙ্গৎচরগে। ( চঙলক্লুনা ) "অসি" ( হায়না হঙ্গৎলি )

রাজা—(হরাওনঃ) চুম্মে, চুম্মে। হৌজিক্তি পাঙথোক্লনবা থৌরাং তৌরো।

প্রতীহারী—( চঙলক্লগা ) মহারাজ ! মহারাণী ঈবেম্মা, মরাংকায়না মুংশিৎ লাংলবা শয্যাদা চেপ্লি। মীনাই মীশমশিংনা রক্তচন্দন তৈরবা মথুৎনা পাদসংবাহন তৌরি। কৌশিকীনা রারী বাতায় তৌদুনা পুক্নীং নুঙঙাইনবা তৌরি।

রাজা—অদুনদি ঐখোয় চৎপা রাবগী তাঙ্গ্না অমদি থোক্লে।

বিদূ— অদুদি মহারাজ লেঙবিয়ো, ঐহাকস্থু দেবীগা উন্নজনবগীদমক করিগুম্বা খুদোমপোৎ অমতং পায়জরগা লাকচগে।

রাজা—জয়সেনাদস্থু ঐখোয়গী অয়োনবা থৌরম অসি খঙহনবিয়ু।

বিদূ—য়াম্না ফগনি। ( মাকোংদা অসি ) হায়রম্লগা থোকখি।

রাজা—জয়সেনা ! মহারাণী হৌপ্লিবা য়ুমগী লম্বী তাকউ।

জয়সেনা—অসোমদা, অসোমদা, মহারাজ !

( শয্যাদা চেপ্লিবী মহারাণী, পরিব্রাজিকা, মীনাই মীশম থরগা লৈরমই )

দেবী—তাবদা পেনখ্রবা রাকমনি। মতুঙদা করম তৌগ্রবা।

পরিব্রা—( লৈদুনা য়েংলগা ) মতুঙদা হঙ্গৎলগে। ঈকায় খুম্নজিঙাই ওইবা বিদিশেশ্বর মহারাজ লেঙলক্লে।

দেবী—ওঃ ! আর্য্যপুত্র লেঙবিয়ক্লি। ( হৌগৎকে তৌই )

রাজা—হৌগত্তুমা মউচোক্লবা হকচাংবু হেন্না বাহন্দুনা কান্নদে।

রাহৈ খোনকম ফজবী ! থামবা নৈখিদব মুপুম্নগা,
সনাগী খুদাদা থম্লিবা অনাবা লোয়রবা নখোঙবু
অমহীকসু ঐহাকপু অবাবা অমুক পীর'মু ॥ ৩ ॥

ধারিণী—আর্য্যপুত্রনা জয় ওইবিয়ু।

পরিব্রা—মরম পূম্নমক্তা মহারাজনা জয় ওইবিয়ু।

রাজা—(পরিব্রাজিকাবু খুরুম্নগা ফম্লি) দেবী ! অনাববু খজিক্তং মমায় নৈয়বরা ?

ধারিণী—ঙসিদি, খজিক্তং হল্লি ( মহৌশাগীদি নক্রে )

( মতুঙদা খুবীদা লুগুণ য়েৎলগা বিদূষক ফিংনা চঙলকপা )

বিদূ—কল্লু, কল্লু, ঐ লিম্না চিক্রে।

( ময়াম পূম্নমক রামৈ )

রাজা—অবাবনি, অবাবনি, নঙদি কদায়দা চখোক্লুই ?

বিদূ—দেবীগা উন্নজগে নীংদুনা নৈ থুয়দং হেক্লবা প্রমদবনদা চৎলুই।

ধারিণী। ওম্ভোকপনিদ ! ব্রাহ্মণগী থবায় মাঙমনবগী ময়ম ওইরেদরা ঐদে।

বিদূ—প্রমদবনদা অশোক পুষ্প হেক্কে হায়দুনা খুৎ য়েৎ থংবসি ভিংথোকখিবদা লিনগী মশক ওইরবা কালনা উক্রোঙদগী থোরক্লমা ঐবু চিকখ্রে। মকম অমা নৈরিবসিনি। (মকম উৎলি)

পরিব্রা—ঐখোয়না ভাজবদি হুগী লাইয়েংগী অহানবা থবক হায়রবু অটীকপা মকম অতু হেক ককথৎপনি। মতুঙম তৌবীয়ু।

অচিকপা মকম'ত্তু ককথৎপা মন্ত্রগস্থ থাদোকপা।
ঈ শেংনা লোথোকপা, চীকপগা ভৌরবদি হিংনরি ॥ ৪ ॥

রাজা—হৌজিক্কি হুগী মাইবশিংগী মথোদা তারে। জয়সেনা!
মাইবা ধ্রুবসিদ্ধিবু কৌরকউ থীরে।

প্রতী—অস্না রাথং থজরে। (থোকখি)

বিদূ—ওয়্হোকই! পাপী যমনা ফাখেদো ঐ।

রাজা—বারুস্থ বন্ধু! হু কাদবা মতমস্থ রাওবনি।

বিদূ—কৈদৌত্নন বারোইদগে? ঐগী ঈশা পূম্নমক কিবম হোংলক্লে, ভ্রিং ভ্রিং কারক্লে। (হুগী হেক্সিল্লকপা মতৌ উৎপা)

থারি—এঃ! উত্রমেস্লে মশা য়োনা নীকশিল্লক্লে। মথোয় ময়াম মাবু অমুক্তা ফাও। (পরিব্রাজিকানা তক্খিং তকিংনা কাবা)

বিদূ—(মহারাজবু য়েংলগা) ঐ, মহাক্কী লুনা তিম্নজরকপা অঙাং ওইরিক্লৈগী মরূপনি, মসি থনবিদুনা ঐগী ঈতুংদা ঐগী মচা লৈজগ্রবী মমা অদুত্তদি য়েংবি-থীবিরকউ।

রাজা—গৌতম। কিগস্থ, মাইবা লাক্লান থিল্লরোই। জেজস্থ!
(জয়সেনা চঙলকপা)

জয়—মহারাজগী অস্না রাথং ফংলবা মতুংদা হজৎচরক্লি—"গৌতমবু মকম অসিদা য়োহনবিরকউ"।

রাজা—কয়ে, মসিবু কোন্দুনা ঈকায় খুম্নবিড়াই ওইবা ধ্রুবসিদ্ধিগী মনাক্তা পুথ্রো।

জয়—রাস্র ফগনি।

বিদূ—( দেবী য়েংলগা ) মহারাণী ! হিংগনি হিংলোই হায়রবা ঙমদ্রে। মহারাজগী সেবা তৌনবা হোৎনরকপদা ঈবেম্মগী মকমদা লগুজখিবা পূম্নমক ঙাকপীগনি।

ধারিণী—মতম কুইনা পুন্সিখো।

( বিদূষক অমসুং প্রতীহারী চঙলকপা )

রাজা—মহৌশানা মীকিথি ওইবা তোল্লবা গৌতমনা ফাউরবা ধ্রুবসিদ্ধিদগী মথরায় হিংগনি হায়রবা ফাওবা থাজদ্রি।

জয়সেনা-- মহারাজগী জয় ! ধ্রুবসিদ্ধিনা হঙ্গৎচরক্লি—"জলকুম্ভ" হায়রব লাইয়েংগী রায়েল মতুঙইন্না সর্পমুদ্রা লৈবা ( পকপা ) পোৎ অমা চঙ্গনি। অদুনা অদুগুম্না পোৎ অমা থিজিনবিয়ু।

ধারিণী—ঐগী খুদোপ ঙসি সর্পমুদ্রা ( লিমগী ময়েক ) পকপনি। শিজিন্নবা লোয়রগা ঐগী ঈখুত্তা অমুক পীয়ু।

( অসি হায়দুনা খুদোপ পীবা।)

রাজা—জয়সেনা ! শিজিন্নবা হেক লোয়বগা মহারাণীগী খুত্ত মদু হল্লকদবনি।

জয়--আজ্ঞা ! স্না য়াথং মতুঙ ইন্না। ( থোকখি )

পরি—গৌতম শোয়দনা হূগী অবাবা কোক্লগনি নিঙ্ঙিঙ।

জয়—( চঙলক্লগা ) মহারাজগী জয় ! গৌতমগী মশাদা হূগী অবাবা লৈত্রে, মীকুপ অমগী মসুংদা অমাবা পূমক ফরে।

ধারিণী—কজদবা রাথোক্কগী মাস্থোকচহোবা অসিদি লাইবক ফৈ।

প্রতী—অমাত্য বাহতকনা হঙ্গচ্চরি—মিংথোপলগী থবক করামুক মহারাজগা খল্লজগদবা লৈরি। মতুগা স্নাচরণ দর্শন ফংজবা হায়রবা থোজাল নিজরি।

ধারিণী—আর্য্যপুত্র! অদু ওইবদি মিংথোপলগী ওইবা থবক পাঙথোক্লমবা লেঙবিরসি।

রাজা—দেবী! মফম অসি মুমিংমৈশা লাংলে। হকচাংগী (মশাগী) মতা অসিগা; থবদং ঊঙহনবনা কৈ। অদুনা কমুং অসি মফম হোংবনা কগনি।

ধারিণী মুপী মচাশা! মথোয়না আর্য্যপুত্রগী য়াথং মভুঙইনা থবক তৌ,

পরিচারিকাশিং—য়াম্না কগনি।

( দেবী, পরিব্রাজিকা অমসুং পরিচারিকাশিং চৎথি )

রাজা—জয়সেনা! এবু প্রমদবনদা অরোল লম্বীদা পুশন্নু।

জয়সেনা—অসোমদা, অসোমদা মহারাজ!

রাজা—জয়সেনা! গৌতমগী ভোগদবা থবক লোইবেদনকো?

জয়—অহোয়।

রাজা—

অপাম্বথুংথনবগী মরম ওইরা উপায়'সে
হোৎমগদবনি শোয়দনা হায়বসি থঙন থঙনমক
মহুনা পবক থোক্লদ্রা থোক্লোইদ্রা হায়দুনা
পোলেপকম লৈত্রি পূক্নীং'সে ॥ ৫ ॥

বিদূষক—( চঙলক্লগা ) মহারাজগী জয়। মহাক্তী মঙ্গলগী থবক পূর্ণমক পাঙথোক্লে।

রাজা—জয়সেনা! মঙসু হৌজিক্তি মথৌ তৌরুরো।

জয়—য়াম্না কগনি মহারাজ! ( থোকথি )

রাজা—মাধবিকাদি পঙশিং শিংদবীনি। অদুনা মহাক্না করিগুম্বা রাথল অমত্তা তৌথিদবনি।

বিদূ—দেবীগী লিমগী ময়েক পকপা খুদোপ অদু উরবদবু অমুক করিগী বিচার তৌগদগে?

রাজা—ঐনা হায়রিবদি খুদোপকী মরমদা মন্তে। করিগীদমক মহারাণীনা মখোয় অনীবু থাদোক্লবা য়াথং পীরক্লি অমসুং অতে মীনাই মীশন হুন্দোক্তুনা নভোন্দা করিগীদমক থৌদারিবনো হায়রসি মহাক্না হংকম থোকত্রা?

বিদূ—মহারাজ! হথি, হথি মহারাজ! কনমক পঙবা ওইরবসু মতম অদুদা পাইরককী রাথল অমা থোকখি।

রাজা—করি পাউথুম পীরম্মী হায়রু তাসি?

বিদূ—ঐনা খুম্নম্মি—পাঞ্জিশিংনা মহারাজগী স্না চরণদা হক্লংলকই "মহারাজ ঈবুঙোগী জন্মনক্ষত্রদা পাপগ্রহ চঙলে। মরম অদুনা বন্দী পুম্নমক শোয়দনা থাদোকপিগদবনি"।

রাজা—(হরাওনা) অদুদগীদি?

বিদূ - রা অসি তারগা মহারাণীনা ইরাবতীগী মমার য়েংদুনা "মহারাজনা স্না খুৎমক্না থাদোকপীসনু" হায়রবসি লেপ্পবা মকুম্বা নিংথৌগী মচা মনাইনি হায়দুনা থাদোক্লবগী য়াথং ঐভোন্দা পীনবিয়ে। রাঙাং অসিদা মাধবিকানসু "ওইবা য়াবা রাকপ্নি" হায়না মাগী মতসু কোঙদোক্লগা মখুৎমক্না থাদোক্লকপনি।

রাজা—(বিদূষকতা কোন্দুনা) মরূপ! থাজেশেংবমক ঐ অসি মঙগী অচানবনি হায়বা খঙলে।

চায়বা মরূপকী লৌশিংতনা পাঙথোক্তে মরূপকী অপাক্বা য়
মুংশিবনস্থ পামজবা থুংনবগী লম্বী মথোকই ॥ ৬ ॥

বিদূ—মহারাজ ! মীঙঙাইদবদি তৌবিরমু। সমুদ্রগৃহ মনূঙদা সখীদা লোয়নমা মালবিকাবু থম্লগা হঙ্গৎকে হায়দুনা লাকচরণি।

রাজ—ঐদি মতুবুদি হরাও হয়'ওমা ও'ক্লিবনি। চৎলো মাঙ থাবো।

বিদূ—লেঙবিরকউ, লেঙবিরকউ ( চংলগা ) য়েংরে—সমুদ্রগৃহ।

রাজা—( চিংম চিংমমা ) মরূপ ! মচম ইরাবতীগী সেবা তৌজবী চন্দ্রিকা লৈ থিনা খিনা লাকপনা ঐখোয়গী ঈমাক য়োঁশিল্লরে। ঐখোয় অমী কক্লাং মরুমদা লোৎতুনা লৈখিসি।

বিদূ—হুরামবা অমস্তুং লম্পটনা চন্দ্রিকা উদনবদি শোয়দনা তৌকম থোকপনি। ( অমীমক হায়খিবতুমক তৌই )

রাজা—নঙগী সখী মালবিকানা ঐবু মবোঙ করম তৌনা চাই-রিবগে হায়বতু থোঙনাওদা য়েঙসি লাও।

বিদূ—হৈ ( অমীমক য়েংদুনা লৈবা )

( বকুলাবলিকা, মালবিকা অমীমু চঙলকপা )

বকুল—ঈতা ! মহারাজবু খুরুম্মু।

মাল—ভুংদা, মাঙদ, মাক্তা য়েত্তা ঈউদ মউবা মহাকপু খুরুমজে।

রাজা—ঐগী অয়েকপা মূর্ত্তিদা তমদুনা হায়বা মাল্লি।

মাল—( হয়াওনা থোঙলোমদা য়েংলগা ) ঈতা ! ঐতোম্দা তাৎ তৌরিবরা ?

রাজা—মাগী হয়াওমুঙঙাই অমীদা ঐদি পেঞ্জরিবনি।

অুমিৎনা থোয়কপদা ভাবদা থম্বালগী ওইবা কিবস্থু।
শকহেনবী সিগী মায়থোংস্থ লৌয়ে মীকুপকী মন্নুভদা ॥৭॥

বকুলা—মাঙদা লৈয়িবসি মহারাজ ঈবুঙোনিমা।

অনীমক—(থুম্মগা) মহারাজগী জয়। মহারাজগী জয়।

মাল—মতম অদুদা অশোককুঞ্জদা মহারাজগী মূর্ত্তি য়েংজখিবস্থু অকিং অকাই ওইনা তৌথিদুনা নীংবা ঈথুং থুঞ্জিদে। হৌজিক চনীংতানা য়েংজবদস্থু য়েংনিংবা আশা মপূঙ ফাররা হায়ববু মদুদি মত্তে।

বিদূ—তাবিয়েদনা? মহারাজনা মাবু য়েংবিখিবগুম্না মানস্থু মহারাজবু য়েংজরা? অয়েম্বদা অরু অহেনবা পোৎশকপু কেপ্পা পূবগুম মহারাজ ঈবুংঙোনস্থ অয়েম্বদা মথোক কারকপগী মাপনবু পুদুনা লৈরি।

মাজা—মরূপ! সুপী হায়বসিমক্তবু অপাম বাথল পল্লবস্থু ঈকায় থীবদি মহৌশানি।

মমীৎ মকা লাম্নবী সুপীশিংগী মমীৎনা
হান্না মীংথিনা উথ্রবা চান্নবশিংগী মশকপু
য়েংজনিংই অদুবু ঈকায়বমদি ভমজদে॥ ৮॥

মাল—সখী! মহারাজনা সুমা মায়পোক কৈথোককুনা ওম্হোক্না খৌরাংনা য়েংলিবসিবু কনাবুনো?

বকুলা—মাক্তা লৈরিবীসি ইরাবতী মরুনে?

মাল—সখী! মীতেক মীয়োদি কয়া খঙদবা মিপা ওইয়ে হায়না ঐনা মহারাজবু খল্লি, করিমনো হায়ববু রাণী পুক্ষমকপু হুন্দোকতুনা মী অমত্তগী মমায় য়েংদুনা লৈরি।

বকুলা—( মথন্দা ) অয়েকপা মহারাজবু মালবিকানা থাঙ্গৈশেংবনি থল্লুত্রনা খম্নল্লি। করে, মতোন্দা ফাগি অমত্তুংবু তৌদুনা য়েংগে। ( কোংনা ) ঈতা! মহারাজনা থ্বাইদগী হেন্না চান্নবীদি ইরাবতীনে।

মাল—অদু ওইরবদি ঈশাবু করিগী অম্ভুপ বাহঞ্জকুগদগে?
( খম্বনবগা লোয়ননা মমায় লৈথোকখি )

রাজা—মরূপ! ঙ্গেৎচুনেসে—

খম্বল বাথলগী চৈথেংনা পীশূম অমৌ শূক্রক্লে,
থাগী চীনবানস্থ চোংলক্লে মমায়ন্থ ফৎ হাইদোকখে,
মতৌ অসি উরগা আচার্য্য গণদাসদগী,
অতোপ্পা মুপী অমদা খোয়দাবকপা নিপা অমদা
মতৌ করম্না অশাউবা উৎকদগে হায়বগী
ভমজরকপা অভিমন্যুদু উৎলবনি থল্লেকো ॥ ১ ॥

বিদূ—অদু ওইরবদি হায়জ চৎচনবা থৌরাং তৌবিয়ে।

মাল—অসোমদা আর্য্য গৌতমদা মাবু লেবা তৌদুনা লৈরি।
( অসি হায়দুনা অমুকহন্না মফম অমদা হোংগে লিংবা )

বকুলা—( মালবিকাবু থৎলদুনা ) চৎখিবা রাদে চৎথিনু। নঙবু হৌজিক শাউরবয়া ঈবেম্মা!

মাল—নঙনা ঐবু থমথেংনা শাওরে থল্লবদি, ঐগী অশাওবসি কোকহল্লুদনা।

রাজা—( মালবিকাগী নাক্তা চঙলক্লগা )

খম্বাল মানবী ঈবেম্মা! নঙনা করিগীদমক
অয়োকপা ঐগী থৌদোবু উরগা শাউরিবিবনো?

অশেংবা ঐহাক মমাক্তা　　লাকচরবা অসিমি
ঐ অসে নঙদগী　　তশেং তশেংবা মমাইনি ॥ ১০ ॥

বকুলা—মহারাজগী জয়।

মালবিকা—( মথন্দ ) ঐনা অয়েকপা মহারাজগী মকমদা শাউরুরিবদি করিগীনো ?

( অসি হায়রগা ঈরাং পকপা মায়থোংনা থুংলোয়রদুনা লৈখি )

( নিংগোনা কামগী চৈথেংগী অভিনয় তৌখি )

বিদূ—হৌজিকপু পঙথদুনা লৈরিবসিনা করিগী ?

রাজা—নঙগী সখী অসি থাজবা য়াবা মত্তে।

বিদূ—মসিবু থাজবা য়াত্রিবদি করিগীনো ?

রাজ:—তাও ঃ—

মঙগী সখীনা ঐহাক্তী　　ঈমাংদা লেপ্লিরম্লগা
মীকূপ অমগী মনুঙদা　　তম্না হেক্তা মরোৎখি।
ঐগী পাম্বোমমুংদা　　চম্লম্লবস্থ মসিনা
তঙ্খেন হেক মচেনখি　　কামনা চাক্লে ঐহাক্তি,
শাথেংনগে হোৎনবদা　　মসিনা লৌনমদা মতৌই
মতৌ অসিদা ঐহাক্তী　　পুক্লীংনা করম তৌদুনা
মসিবু থাজগদগে ? ॥ ১১॥

বকুলা—সখী ! মহারাজগী মফমদা হম্না হম্না মঙনা লৌনম্মুরে। অদুনা মশাবু থাজবা য়াব মীশক ওইহল্লু।

মাল—লাইবক থীরবী ঐনি, ঐগী ঈবুঙঙাবু মঙদা য়োনা উরজবা ফংজখিদে।

বকুলা—লেঙশিনবিয়কসি. মহারাজ! মনাইনা হঙ্গৎচরিবা রাসিগী মতীক চাবা পাউথুম পীবিয়ু।

রাজা—পাউথুম্না করি কায়গনি কাম কৌবা মৈবু
সাক্ষী ওইনা থমজুনা মঙগী সখী অসিদা
ঈশামা ঈশাবু কৎলবনি ঐগী সেবা নত্তেকো
ঐহাকমতুম মসিগী অয়োমসেবা তৌগনি ॥১২॥

বকুলা—থোজানবিয়ে।

বিদূ—(চৎলগা ঈকিং কিংনা) বকুলাবলিকা! লাওমকাই। শক্তি-মচা অসিনা অপীকপা অশোকবৃক্ষগী মনা অসি চায়েসে। মাবু ভাম্বোকল্লুসি।

বকুলা—হোই, হোই—(চংখিবা)

রাজা—ঈতাও! অসিগুম্বা অয়োমবা মতম অসিদদি য়াম্না চেকশিনগদবনিকো।

বিদূ—মহু ঙাউববু গৌতমদা অমুক তাক্লখিগরনে?

বকুলা—(কোয়চৎ চৎলগা) আর্য্য! গৌতম! ঐদি কনা উদবা মফমদা লৈজগে, গৌতমনা থোঙশঙবিয়ু।

বিদূ—য়াম্না চুম্মী। (বকুলাবলিকা চৎখ্রে)
অহু ওইরবদি লীক্লাঈ য়ুম্বী অসিগী মনাক্তুম লৈরগে
(অহুমক তৌরগা) আঃ। য়ুম্বী অসি শোকপদি কয়া নুঙ্ঙাইখ্রবা।
(অনি হায়রগ তুম্বগী অভিনয় তৌই)
(মালবিকানা কিনা কিনা লৈ)

রাজা—কিরুগনু মীংথিবী। শাথেংনবা ঐহাকা
মতম কুইরে ঐহাক্না মঙগী প্রেমদা ঙাওরকপা,

হৈনৌ পাম্বী ঐতোম্দা মাবীধলতা মহাক্না
মমীং তৌনা য়েংলয়ো ॥ ১৩ ॥

মাল — মহারাণী ইবেম্মবু কিজবনা ঈশ ঙ্গ পামজব থবক য়ৌনা পাঙথোকচবা ঙমজদে।

রাজা—ঈবেম্মা, কিগনবা নত্তে।

মাল — ( তথি তথি হায়দুনা ) কিগন্নবা ঈবুংঙো মহাক্কী মতীকম্ম ইরাবতী ঈবেম্মগী মমাঙদা তরং তরং উক্ষুবনি।

রাজা— চীনবাম্ম তায়াম মানবীও ! তলোই পূম্মমকপু মান্মনা
চাননিবা হায়বসিমাদ বিম্বিকবংশগী সন্তানগী
চৎনরকপা কুলব্রতনি, অদুম ওইনমক
ঐগী থবাইদি মথবায়না পুন্দুনা লৈরি ঈবেম্মা ॥ ১৪ ॥

ঙছুনা নঙগী আশাতনা হিংজরকপা ঐবু নঙনা চাননিম্ম।
( অসি হায়দুনা আলিঙ্গন তৌথি )
( মালবিকানা অভিনয়না আলিঙ্গন ভাকথোকই )

রাজা—( মথন্দা ) তনৌরিবী নুপীমচাশিংগী মশাদা কামগী ঈছুল কাউরকপসিদ থাঙ্গমক শেংনা মফজে। নুপীমচা অসিনা

ঐনা নমড়ুন কোমগে হোৎনরকপদা য়ানা
মখুৎ হাইদুনা থামলি, শুংগুলি কিশি থোকে
হোৎনরিবা মীক্রবা থুৎকি মচাবু হিংলি।
মখুৎ অনীনা থবাকপু য়ান্না কন্না থুমজিল্লি,
কজ্জব-পানা তিল্লব— মমীৎন নীংথিজরব
মমায় অছুবু ঐহাক্না থাগৎলুবদা মহাক্না
অমরোমদা লৈথোকখি। তৌশিন্নরবস্থ অস্থম তৌনা
ঐগী আশা থুংবগী নুক্তাইবদি মপীরি ॥ ১৫

( মতুংদা ইরাবতী অমসুং নিপুনিকা চংলকপ )

ইরা—নিপুণিক ! চন্দ্রিকানা মতোন্দা আর্য্য গৌতমদুবু সমুদ্রগৃহগী মপান্থোক্তদা লৈবা চুথেক মতি মাইবা মকম অতুদা মথন্তা ভুমদুনা লৈহৌরে—ঐ উবকই হায়না তম্মস্থি হায়রবসিবু অশেংবা বারনে ?

নিপু—অশেংবা মত্রবদবু. ঐনা ঈবেম্মদা কয়স্লা হঙ্গংকদগে ?

ইরা— অদু ওইরবতি উটিয় হিংজহৌরবা চাররা মরূপ গৌতমগী মখোং খঙলমবগীদমকন্তু মকম অতুদা চংলসি।

নিপু—ঈবেম্মগী মাংই থসি তাজবদা চিথহৌবা থরম্ভ লৈরবরা থল্লি।

ইরা—চুম্মি, চিত্রপটদা য়েক্লিবা মহারাজদা ইরাম ভাকপীয়ু হায়জ-ক্লমবগীদমকন্তনি।

নিপু—হৌজিক্তি করিগীদমক হ য়ূজমোক্তগদবনো ?

ইরা— অপঙবী ! ঐতোম্দা পূক্লীং চঙবগী মখোং ওইনা চিত্রদা আর্য্যপুত্রবু য়েকনি, হৌজিক অতোপ্পী কনাগুম্বী অমদা পূক্লীং চঙলবস্তু অয়েকপা অদুমক মায়মা লৈরি। অদু ওইদুনস্তু হৌমলমচৎ থরদংঙি কায়বা থোকই, মদু কোকহন্নবগীদমকতনি ঐনা হোৎনরিবসে।

নিপু—ঈবেম্মা ! সোয়্দা, সোমদা।

( অনিমক থোকখি )

চেটী—(চংলকতুনা) ঈবেম্মা রাণীগী জয় ! "মহারাণীনা তাকপীরক্লি —ঐনা হৌজিক কনাগুম্ব অমবু কক্লক থম্বনবগী মতম নত্তে, মঙ্গী সম্মান ভাক্কনবগীদমক মাগী মতাগা লোয়ননা মালবিকাবু য়োহিলং চন্দুনা থমখিবনি। কমিগুম্বা মতমা

আর্য্যপুত্রগী মীংবা থুংনবা থবক্তা য়াম্নিংলবদি মহু খোক্সনবা ঐম্না তৌগনি। মন্তগী অবেম্বা য়াথং অমা ঐহোন্দা থহল্লকউ।"

ইরা—নাগম্বিকা! মহারাণীদা হঙ্গংলু—মহারাণীবু ঐখোয়গুম্বনা খোদাবা শুমজবা নত্তে। মহাক্না মচামমাই কাওববু য়ায়ক য়াতেম্বিবনা ঐবু খোজামবিখ্রে। মাগী খোজাম নত্তনবু কনাগী খোজাম্না ঐখোইগুম্ববু চাওহনবিগদগে?

চেটী—য়াম্না ফগনি ঈবেম্মা! (চংথি)

নিপু—(কোয়না চংপা অমম্মুং য়েংবা) কৈথেলগী কাওগুম্বা গৌতমসে সবুদ্রেগৃহগী খোঙজিন্দা কল্লা কল্লা তুমখ্রেদোসে।

ইরা—করিনো থুদোংথিব থোক্লদোম্রিবংনে? হূ মথাক থরবু লৈহোরবরনে?

নিপু—নত্তে নত্তে কন্তবগী য়া করিম্ম লৈতে। মমায় মমীংমক ঈরংলংলি, অদুগী মথক্ত: শ্রুবসিদ্ধিমা লাইরেংথিবনি।

বিদূ—(মঙ মঙাল) হো মালবিকা।

নিপু—তাবিহোবরা! নোংদমথীবা নিপা অসিদা থবক শিন্নদনবু কনানা থাজগদগে? "পুন্সিয়ো, সুখচাইয়ো" আশীর্বাদ থর হেক তৌ, অথুম-অহাও থর হেক লৌহুনা মপুক থনবা মহাক্না মমঙদা মালবিকাবু উম্বি।

বিদূ—ইরাবতীবু হেন্দোকতুনা ঈকায়বা পীব্রু।

নিপু—য়া কায়রে। যুথী মক্লমদা লৈরগা লিনগুম্না খোয়রবা চৈ অসিনা লিনকিবা কত্তব ব্রাহ্মণ অসিবু কিহনখিগে।

ইরা—তৌবিমল থঙত্রবা ব্রাহ্মণ অসিবু লিম্না চিকহনবনতুন মতীক চায়।

( নিপুণিকা বিদূষকতা চৈমা ফুই )

বিদূ—(মীকপ থোক্তুনা) মাঙলে ! মাঙলে ! মরূপ ! ঈথক্তা লিন তারে ।

রাজা—( কিংনা চঙশিল্লক্লগা ) কিনু, কিনু ।

মাল—( তুং ইন্নরগা ) মহারাজ ! পাক লেঙথোকপিখিগনু । লিনগী বা অমা পন্নখি ।

ইরা—অরাবনি ! মহারাজ মফম অসিদগী লেঙথোকপিরক্লিবা !

বিদূ—(মোক্তুন) করিনো অসিদে ! এঃ ! চৈনিদনা ! ঐনা কেতকীগী তিঙথংনা থোগাইরগা লন্না চিকপ মফমনি হায়শিল্লদুনা লৈবাক রাথোক ওইহনখিবদু থাঙ্গেশেংনা থোক্লরবোঙ্গে হায়নদুম থল্লুরে ।

( মতুংদা যুখল হায়দোক্তুনা বকুলাবালক চঙখি )

বকুলা—মহারাজ ! লেঙাশনবিথ্রনু । মফম অসিনা থোয়না চৎপা লিন অম উবগুম তৌই ।

ইরা— ( নিংথোগী নাক্তা ফিংলপ চঙখ্রগা ) নুংথিলগী অভিসারদা অনীমক্তা আশাদুদি তেক্ত কায়দনা মপূং ফারেদনা ?

( ইরাবতীবু উবদা পূন্নাক ঈথক থক্লে )

রাজা—চায়বী ! করিগুম্বদম্ব অসিগুম্বা রাকৈদি অমুক্তম্ব হায়খিদ্রিকো ।

ইরা—বকুলাবলিকা ! মহারাজগা মালবিকাগা অমুক্তং উন্নহনগে হায়ব মঙগী রাশক অদুদি থুংলেদনকো ?

বকুলা—রাণী ! রাবোবিগনু । ঐনা করি তৌখিবগে হায়বদু মহারাজদা হংবিয়ু । সোরারেমনা লৈমায়থক্তা শোং চুহল্লক-পবু হঙতোই থোংব তাবনরা ?

বিদূ—ঈবেম্মা ! অদুম্ন তাকপীগনু । মহারাজনা ঈবেম্মদা হায়জবা মোক্লবা হৌগৎলকপদা থৌওইদনা হেন্দোক্লুম্না চৎখিবা, অদুগুম্বা ঈবেম্মগী মরাল অদু ঈবেম্মগী নশক হেক উবদা পুমকাও কাওথোকখ্রবনি । অদুগা ঈবেম্মদি হৌজিক কাওবা ধুকা তৌবিরিবোইরে ।

ইরা—ঐগুম্বনা শাওদুনবু করি তৌগদৌরিবনো ?

রাজা—মতম চাদনা শাওবদি মন্ত্রোদ্দদি কথা ফজে ।

মীকুপ অমত্তুং নমায় 'সে মরম লৈতবা অশাওবগী
মমি তাদবদাই মীংশবী ! হায়রু য়েংশি অমুক্তা
পূর্ণিমাগী অহিং মত্তুমা করম্ব অহীং অমদা
থাজ' মকোয়বু রাহুনা উমশিবনু য়াওবরা ? ॥ ১৬ ॥

ইরা—"মতম চাদনা হায়বদুদি ওস্থোক্লা চুম্না তাকপীগেদা ! ঐখোয়গী অফবা লাইবকপু মীগী মরাইবক ওইহনখ্রবদা শাওববু অমুকন্থু মোক্লবিরিবরা ?

রাজা—মচনা কৈরেংনমা অমরোমদা খনগে ঈবেম্মা ! থাজৈশেংবা ঐদি শাওনবগী মরম্নুদি উাদ্র । মরমদি—

কনাগু হুমচা মনাইনা লক্কবন্ধু লৈরবস্থু
হয়াও কুমৈ নুমিত্তুদি চৈরাক পীবা হৌমদে ।
অসি খন্দুনা ঐহাক্লা মখোয়বু থাদোক্লুবনি ।
মখোয়নম্থু ঐহাকপু খুরুমজগে লাকপনি ॥ ১৭ ॥

ইরা—নিপুণিকা ! মহারাণীদা মচনা চত্তুনা তম্মু—ইচে ঈবেম্মগী, মীশক অমগী মথক্তা মীচং সঙ্গম নাইবা মওং অদু উসিদি চপ চানা খক্তরে ।

মিপু—য়াম্না ফগনি ঈবেম্মা ! ( চৎখি )

বিদু—( মথন্দ ) ওন্থোক্লা অকায়বা ওইরে পোন্দগী থাদোক্লবা মুমদা য়োকপা খুপু হোদোংগী মীৎলমদা তাখ্রে।

মিপু—( মথুৎনা চীন মেন্দুনা ) ঈবেম্মা রাণি ! মালবিকাগা খংথেং থেংনবনুদা মানা হায়রম্মি—"অসুম অসুম তোয়ে (নাকোংদা ভাম্মা)

ইরা—( মথন্দ ) পূন্নমক ওইব য়াহ। ক্ষত্রবা ব্রাহ্মণ অমিতমা লোশিং পূন্নমক পুখোক্লিরবনি। (বিদূষকতা য়েংলগা কোংনা) অপাম নুংশিগী থবক্তা মতেং পাংবা হায়বসি অতোম্বা ব্রাহ্মণগা কৌনশানি।

বিদূ—নীতিশাস্ত্রগী মরেক অমতংবু মন্ত্রজয়রুবদি অমিগুম্বা থবক অমি তৌজরম্লোইদবনি।

রাজা—খংলগা অরাবনি ! করম্না খুদোংথীবসিদগী নাম্থোকসিগে ?

জয়সেনা—( কিংন চংশিল্লগা ) মহারাজ ! কুমারী বসুলক্ষ্মী অদু ফীবুংগী মতুং চম্মরকপদা শিঙ্গল কোব য়োংগা লেংমরুদুনা মাবু কিরে। মহারাণীনা তুম্পাক্তা ফমদুনা নৈহোয়ে মশা পূন্নমক অকনবা নুংশিৎনা য়েবদা উনানা নীকপগুম থক থক নীকহোরে। জ্ঞান নৈহোত্রে।

রাজা—অরাব রাণি। অদুং ওইবগী শোনবরা !

ইরা—( চকিং কিংনা ) আর্য্যপুত্র ! মহাকপু খরা নেমথহনবিরু মীপাইথীনদগী থোকথবা মতৌ অদু হেলহনবিগনু।

রাজা—এরনা মাবু হম্থগলুগনি। ( পরপ পরপ লেংখি )

বিদূ -পিঙ্গল বাঙ্গয়! ফজে নঙগী পোদোসে। নঙগী মীচঙবু মঙমা ফজনা কল্লে

( মহারাজগা লোয়ননা বিদূষক, ইরাবতী, নিপুণিকা অমসুং প্রতীহারী চংখি )

মাল—মহারাণীবু নীংশিংলুবগা পম্মোয় অসি লৌকই। থংদে, তুংদা করি পোক্লগদনো?

( নেপথ্যদা ) অঙকপনি! অঙকপনি! মপান শাংনবা হোৎনখিবা থৌরাং অদুনা নুমিৎ মঙাগি ফাওবা শুদ্রিদৈদে অশোক কৌবা উপাল অদু মপাল পোম্লক্লে য়াবা পাউ অসি মহারাণীদা হঙ্গৎলুখিগে।

( অনিমক তাবদা নংঙাইখি )

বকুলা—ঈতা! পূরক্লীং লুস্মো। দেবীদি চায়খিদা বা হোংদবীনি।

মাল—অদু ওইরবদি প্রমদবন ঙাক্লিবী অদুগী তুংদা লেপচগে।

বকুলা—য়াম্না ফবে। ( অনীনক চংখি )

চতুর্থ অঙ্ক লোইরে।

---

# পঞ্চম অঙ্ক

( প্রমদবন ঙাকপী ঙাকলকই )

উদ্যানপালিকা—এমা ঈশীং চাইজদুনা কয়াগী মতীক লুনা তৌজদুনা অঙাংবা অশোক পাম্বীগী মশোঙদা ফক্লাংগুম্না বীদ অমা শেমজখি। মহারাণী ঈরেম্মগী সুমা য়াথং পুম্নমক চপচানা ঙাকচখিবদু ঈরেম্মগী মফমদা হঙ্গৎলুখিগে।

( কোইচৎ চৎলগা ) অঙকপনি ! মালবিকা হায়বী মুপীমচা অসিবু কয়াগী মতীক লায়না চানবিগ্রবা ! মাবু অতুক শাউরম্বী মহারাণীমু অশোকগী মুঙডাইবা পাউ অসি তাবদগী মাগী মথক্তা পেনবিরগনি। পমহারণীবু কদোমদমো ? ( কোয়ম য়েংলগা ) মহারাণীগী সারসিক কোবা মনাই মমমপোনবা অমা মাগী মোহর নম্বা উপু অমা পুতুনা চতুঃশালাদগী থোরক্লিসে। মসিদতুম হংথিগে। (মতুঙদা উপু পুতুনা নম্বোমবতু চঙলকই )

উদ্যান—সারসিক ! কদায়দা চৎলি ?

সারসিক—মধুকরিকা ! শাস্ত্রজ্ঞান লৈরবা ব্রাহ্মণশিংগী কৎকম থোকপা থা অমগী দক্ষিণা, আর্য্যপুরোহিতকী খুত্তা থিনবা চৎলিবনি।

মধু—করিগীদমক ?

সার—মহারাজকুমার বসুমিত্রবু যজ্ঞগী শগোল ঙাক্নবগীদমক সেনা-পতি থিন্দোকপা মুমিৎ অতুদগী হোত্নুনা মাগী পুন্সি তোলোই-নবা হায়দুনা মহারাণীনা মতীকচাবা মীশক্তা মুমিৎ খুদিংগী সনা মোহোর চামরী চামরী দক্ষীণা কৎলি।

মধু—মহারাণী কদোমদা করি তৌরি ?

সার—মহারাণী হৌজিক মঙ্গলগৃহদা লৈ। আসমদা লেংশিন্দুনা বিদর্ভ দেশদগী মবুং বীরসেননা পীরকপা চিঠি, লাইরিক ইবশিংবু পাহন্দুনা তারি।

মধু—বিদর্ভ লৈবাকী পাউ করি তারিবগে।

সার—বীরেসেন্নচিংব' নিংথৌগী সেনাপতিশিংমা বিদর্ভ নিংথৌবু মখোয়গী মথা পোম্না থমখ্রে অমসুং শাগৈ মাধবসেনবু থাদোকখ্রে মহাক্না মমল য়াম্নবা রত্নশিং, শগোল, শামুনচিংবা অদুগা মথুং মশা হৈরবী মুপী মচাশিংম মন্নব সেবকশিংবু থুদোম-পোং ওইনা কৎলক্তুনা দূত অমসু থারক্লি। মহাক্না মহারাজগা উন্নগদৌরি।

( অনীমক চৎখিবা )

( মতুংদা প্রতীহারী চঙলকই )

প্রতী—হৌজিক মহারাণী ঈবেম্মা অশোক পাম্বীগী সেবাদা লুপ্তুনা লৈরি। মহাক্না তাকপীখি—"মহারাজদা চঙ্গৎলু"—"আর্য্য-পুত্রগা লোয়নমা অশোক মপালগী ফজবসি য়েংজনিংই" মরম অদুনা বিচারগী সোয়শংদা লেঙশিন্দুনা লৈরিবা মহারাজবু ঙাইরুখিগে।

( অসি হায়দুনা কোয়না চৎখি )

( নেপথ্যদা বৈতালিকশিং )

অহানবা—ওন্থোকপনি! অকনবা চৈরাক্না মহারাজনা য়েক্নবশিংগী মাপলবু লাইনা মাঙহল্লি।

হে নিংবা পূম্নমকপু থুংহনবিরিবা! শক্লাইদবা কামগুম্বা

| | |
|---|---|
| মহাক্না হরাওনা | কোকিলগী খোম্থাংমা মিন্নবা |
| বিদিশা তোর্বান্দা লৈরিবা | হৈকোল লৈকোল অসিদা |
| বসন্তগী ফজবা | পুশনবিরক্লি। |
| থুৎকম পাঙ্গল্লবা মহাক্লি | য়েক্ন থুদুম চল্লিবা |
| শামুশিংগী পুন্নবা উচুককী | মশক ওইরিবা |
| বরদা তুরেলগী মপান্দা | হৌরিবা উপালশিংগুম্না |
| মংগী য়েক্নবখিবিক্না | লোইনা মকোক মোমখরে ॥১॥ |

অনীশুবা—শ্রী বফুঙমা য়োৎশুক্কা মাম্নববা পাম্বোম্না
রুক্মিণীবু নমদুনা হুদুনবু পুবিখি।
অমদি ঈনিংথৌ নহাক্না দশুমীতিগী পাঙ্গলনা
তেঙ্গোল লাম্মী খিবিক্না ৰিদর্ভ লৈবাকী নিংথৌগী
ৰাজলক্ষ্মীবু যুনবিরে। হে লাইগুম্বা ঈবুঙো!
অকনবশিংবু নুংশিবিব— মৰমদগী পণ্ডিতশিংনা
শক্র শোম্ববা মীংচৎকুম নখোয় অনীগী মীংচৎনা
ক্রূপ কৈশিক লৈবাক্তা লৈরি শিমবা থু':না ॥ ২ ॥

প্রতী—জয়ধ্বনি অসিনা মহারাজ অসোমদা লেংলক্লি হায়বা তাক্লি। ঐস্থ মতম অদু ফাওবদংদি মাইয়োক্লদনা মপান্থোংগী হোজংসিদা চণ্ডশিন্দুনা লৈগে। ( অসি হায়দুনা লৈথোক্তুনা লৈবা )

( চণ্ডলক্লগা মরূপকা লোয়নমা নিংথৌ )

ৰাজা—ফংবদা লুৰবী চান্নবীগী মৰম অদু থল্লগা
বিদর্ভ নিংথৌবু লাম্মীগী কাণ্ডলুপ্না থুদুম চনথৰে
তাৰগা ঐগী থম্মোয়সে নোংগী মন্দীক্না ফুৰবা
নুংশাৰক্তা লৈৰব থম্বালগী মতৌগুমদুনা
অৰা মুড্ডাই য়াম্নৰে ॥ ৩ ॥

বিদূ—মফম অসিদা মহারাজ ঈবুঙোনা হায়নিঙাই লৈতনা মুড্ডাই-বিগদৌরি হায়না থল্লি।

ৰাজা—করম তৌনা?

বিদূ—মহারাণীনা ওসি পণ্ডিত কৌশিকীদা হায়রিথ- "ভগবতি! কিজেৎ লৈতেংগী থবক্তা হৈশিংবীনি হায়না থনবিরবদি

মালবিকাবু লুহোংবগী ফিজোম শেৎপিয়ু"। মতুঙদা মহাক্না হন্নাওনা থন্নায় য়াওনা ফিজেৎ লৈতেংবখে। মন্নম অদুনা মতম অমদা মহারাণীনা মহারাজগী আশা থুংহল্লকপা য়াই।

রাজা—ঐঙোন্দা মহারাণীগী মমাংঙৈগী ব্যবহার অদুগী হায়রুরবদি থন্নবন্ন য়াই।

প্রতী—(মহারাজগী শাক্তা চঙখ্রগা) মহারাজগী জয়। মহারাণীনা হঙ্গচরি—আর্য্যপুত্রগা লোয়ননা অঙাংবা অশোকগী লৈশাৎ লৈতম্মকপগী ফজবসি য়েংজনিংই

রাজা—মহারাণীদি মকম অদুদরা?

প্রতী—মানি হোয়। মতীক চাবা সন্মান ব্যবহারনা সুঙাইরবা অন্তঃপুর হুন্দোক্তুনা মালবিকানচিংব মচা মনাইশিংগা লোয়ননা মহারাণীনা মহারাজবু ঙাইজতুনা লৈরি।

রাজা—(হন্নাওনা বিদূষকপু য়েংলগা) জয়সেনা! চৎলু মাঙদা।

প্রতী—লেঙবিন্নকসি মহারাজ! (থোঙ্ থাংবা)

বিদূ—(য়েংলগা) মরূপ! প্রমদবনদা অমুক ঈশৌ মোনা মথোক কারকলব বসন্ত ঋতু য়ৌন্নক্রমাল্লে নিংই।

রাজা—নঙনা হায়বা চুশ্মি।

ঈমাঙদা লৈরিবা কুরুবকগী মহেগী মপৈন্না
মায়কৈ পূথা শমখরে হৈশোগী ফজবদা থেংলে।
মতৌ অসুম্না বসন্তগী চঙ্বদমক ঙায়রিবা
যৌবনন পুন্নাংগী ঈন্নাংবু হোৎহল্লি॥ ৪ ॥

বিদূ—মমাঙৈগী অঙাংবা অশোক পান্নীদো লৈন্নাং চন্নোংমা য়োমজুনা ফিজেৎ লৈতেংবগুম লৈরেদোসে, মীয়েং তাবিসি।

রাজা—অশোক পাম্বী অসিনা মপান শাংপদা মীনবদি মীনকম থোকই। মরমদি কৌজিক্তি মহৌশাদগী হেন্নডুম হায়নিভাই লৈতবা ফজয়েনেসে। য়েংউ—

অশোক পাম্বী খিবিক্কা        বসন্ত লৈশাং তম্লম্বা
মখোয়'ডুগী লৈয়াংখিবিক্কা        অশোক পাম্বী'সিমতুদা
পুন্নপ পুম্না শাৎলবগী        মতানিদা য়েংবদা॥ ৫ ॥

বিদূ—চুম্মি। য়েংবিয়ু। চিংনবিগনু। ঐখোয় লৈনা লৈনা ধারিণীনা মনাক্তা মালবিকা লৈববু য়াবিরি।

রাজা—( হয়াওনা ) মরূপ! য়েংউ, য়েংউ।

চায়খোইবী অসিনা        তিংথোক্লি মথুং থম্বাল মানবসে,
ধারিণীনা লেপ্লি মতুঙদা        রাজলক্ষ্মীগা লোয়নবী
পৃথিবীনা তৌবগুম        ঐবু ওক্লি হয়াওনা॥ ৬ ॥

( মতুঙদা ধারিণী, মালবিকা, পরিব্রাজিকা মচা মনাই থয় চঙলকপা )

মাল—( মথন্দ )

হয়াও রাথম অমনা        লুহোংবদা শীজিন্নগদবা
ফিজেৎ লৈতেং খিবিক্কা        শেম্বী শাবিবগী ঐহাকপু
মরম থম্ভিঙ ঐহাক্কা,        অডুমকপু থম্মোয়দা
থম্মাদা পকপা ঈশ্বীংগুম        থক থক লাওনা মর্মীক্লি।
ওই থংবা মীৎনম্বু        তোয়না তোয়না মচোংলি॥

বিদূ—ঈতাও! লুহোং ফিজোল হোংবসিনা মালবিকাসে কয়াদা মীংথিজগ্রবনো!

মখিমা চোস্তক তৌরবী    লৈতেং কয়ামা লৈতেংবা
মহাক অসিনা ঈমাঙদা,    লৈচিম মোংকাই পক্ল্রবা
থবাম্বিচাক্কা লংলবা    উদয় পর্ব্বত পাংলবা
থাবলমা শিনবা থুংলবা    চৈত্রথাগী অহীংগুম
মীংথিজরি ঐঙোন্দা ॥ ৭ ॥

দেবী—( মাক্তা চঙ্‌লক্ত্রমা ) আর্য্যপুত্রগী জয়।

বিদূ—য়াইফবিয়ু ঈবেন্ম ।

পরি—মহারাজগী জয়।

রাজা—ভগবতি ! থুকুমজরি।

পরি—নীংবা পূম্নমক থুংবিয়ু।

দেবী—( মোমোন মোক্ত্রমা ) আর্য্যপুত্র ! ঐথোয়না অশোক বৃক্ষ অসিবু যুবতীশিংগা লোয়নবা আর্য্যপুত্রগী সঙ্কেত স্থাননি হায়দুনা লেপচরবনি।

বিদূ—ঈতাও ! য়াম্না ঈকায় থুম্নবে।

রাজা—( ঈকায় ঈকায় অশোকগী অকোয়বদা চৎলগা )।

বসন্ত লক্ষ্মীগী য়াথংবু    থৌওইরমদে অশোকনা
হৌজিক্কা লৈরাং শাত্ত্রমা    মতবু ঈকায় থুম্নরি।
অদুগুম্বা অশোক'সে    দেবীগী লুমা তৌফম্নি ॥৮॥

বিদূ—ঈতাও ! নীঙাইদনা মথোক কারকপী অসিবু মীয়েং তাবিসি ।

দেবী—কনাবো ?

বিদূ—অশোকগী কজমব মপালবু    ( পূম্নমক কমথি

রাজা—( মালবিকাবু য়েংলগা মথন্দা ) ঈনাক্তা লৈমা লৈমা নীংজবা থুংদবদি অরাবনি ।

ঐনা ছানু থঙোং লাবগুম্রে অমোমগুম্রে চান্নবীনা ।
অনীগী অয়েংপা ওইরিবী ধারিণীনা অহীংনি ।। ৯ ।।

( কঞ্চুকী চঙলকপা )

কঞ্চু—মহারাজগী জয় । মহারাজ ! মন্ত্রীনা হঙ্গৎচরক্তি বিদর্ভরাজনা থুদোম ওইনা থাৱকপী কলাবিদ্যাদা হৈশিংবী মুপীমচা অনীথক লমশাং লাকপগী অবাবনা মশা ভমগ্রেচুনা মতমচানা ম্নানাক্তা পুশিঞ্জবা ভমজখিদে । হৌজিক্তি মথোয় অদু ম্না চৱণ থরুমজবা ভমজরগনি । ম্না য়াথং নিজরি (ম্না লোংদম তস্বিয়ু )।

রাজা—চঙহল্লকউ ।

কঞ্চু—ম্না য়াথং ফিগাও শানা য়াজরে । ( চৎখি, অমুক মথোয় পুচুনা চঙলক্লগা ) ঈবেম্মশিং অসোমদা চঙবিরকউ ।

অহানবী— ( মোল্লপ্না ) ঈতা ! মদনিকা । পোকপদগী উজস্ত্রিবা কোম্নুং অসিদা চঙলকপদি পুক্নীং অসি ওম্মোক্ল মুঙঙাইগ্রে ।

অনীশুবী—জ্যোৎস্নিকা ! ঐগীম্নু অদু মঙাই । মাঙজোনমা পুক্নীংদা অবা মুঙঙাই পুম্নমক তাকই হায়না হায়নবস্নু লৈ ।

অহানবী—মচুতা শোয়দবা ওইরসনু ।

কঞ্চু—মহারাজ অমস্নুং মহারাণী লেংশিন্দুনা লৈবিরেসে । ঈবেম্ম অনীমক ম্না মাক্তা চঙবিয়ু ।

(অনীমক ম্না মাক্তা চঙশিনখি, অনীবু উয়গা মালবিকা অমস্নুং পরিব্রাজিকা মহৈ মহৈ য়েংমৈ)

অনীমক—মহারাজগী জয়, মহারাণীগী জয়।

রাজা—কম্মু। কম্মু। ( অনীমক কমথি )

রাজা—মখোয়দি করম করম্বা কলাবিদ্যা তম্লকই ?

অনী—মহারাজ ঈবুঙ্ভো। মনাই ঐখোয়না পামজবদি ঈশৈদনি।

রাজা—অনীগী মন্নুঙদগী অমদি মচা মনাই ওইনা লৌশিল্লু।

ধারিণী—মালবিকা য়েংথোক্লকউ অসোমদা। অনীসিগী মন্নুঙদা করম্বব্ নঙগী ঈশৈদা মতেঙ পাংবা য়াগনি হায়না থমবগে ?

অনী—( মালবিকাবু য়েংলগা ) ওঃ! মহারাজকুমারী। ( খুরুম্লগা ) রাজকুমারীগী জয়! ( অনীমক পী তাবা )।

( পুন্নমক ঈঙক চপ্পা য়েংনৈ )

রাজা—মখোয়না কনানো ? কনানো মসিনা?

অহানবী—মহারাজ! মসি ঐখোয়গী নিংথৌগী মজা ঈবেম্মনি।

রাজা—করম তৌনা ?

অনীশুবী—তাবিয়ু মহারাজ! বিদর্ভ লৈবাক্কী মহারাজবু মহারাজনা খুদুম চল্লগা কুমার মাধব সেনবু কারাগারদগী থাদোকপিখি। মালবিকা অসি মহাক্কী মচন নুপীনি।

দেবী—রাজকন্যা অসিবো! ঐদি চন্দনবু খুরুমনি থন্দুনা মাংথোক্লুরে রো।

রাজা—রাজকুমারী অসিনা অসুম ওইখ্রিবদি করিগীনো ?

মাল—( স্বর ফুইনা হোন্দোক্লগা ) বিধিগী লোংদম্বা।

অনীশুবী—মহারাজ! রাজকুমার মাধব সেন, মাগী শাগে যজ্ঞ সেনগী মথা পোনংবদা মাগী মন্ত্রী আর্য্য সুমতিনা ঐখোয়শুবা

মচা মনাইশিংবু ছন্দোক্রম্নগা লোম্না রাজকুমারী অসিবু খৈদোকপিথি।

রাজা—মমাঙৈদেম্ন তাখ্রে। মথঙ্ হায়য়ু।

অনীশুবা—মতুঙগী বাফমদি মনাই ঐখোয় খঙ্জত্রে।

পরিব্রা—অদুগী মতুঙদগীদি লাইবক চাওবী হায়রিবসিনি।

অনীমক—আর্য্যা কৌশিকীগী খোম্মোক মাল্লিদা।

মাল—আর্য্যা কৌশিকীমক্নি।

অনীমক—আর্য্যা কৌশিকীনা ঘতিবেশ খোনখিবসিদা ওম্মোক্না বানা খঙলে (খঙবদা য়াম্না বাংে্র) ভগবতি। খুরুমজরি।

পরি—মখোয় অনী মঙ্গল ওইয়ু।

রাজা—মখোয় অনী অসিবু ভগবতীগী মী ওইবিরবরা?

পরি—মানি।

বিদূ—অদু ওইরবদি মাগী রায়ম মথাক অদু অমুক্তা তম্বীয়ু।

পরি—(অবাবগী মশক ওইনা) তাবিয়ু। মাধবসেনগী মন্ত্রী অদু-মকপু ঐগী ঈবুং সুমতিনি হায়না খঙবিয়ু।

রাজা—খঙ্জরে। মতুঙদা করি?

পরি—ঐগী ঈবুংনা ফিবম অদু য়োৗবদা ঐগ লোয়ননা মসিবু খৈদোক্রম্নগা মহারাজগা লোয়ননা মরী শৈনজনিংদুনা লাক-চরগা বিদিশা তাম্না খোঙ্শারক্লিবা বণিককাংবুগী মরক্তা চঙখ্রে।

রাজা—হায়খো

পরি—মখোয় বণিক কাংবু অদু উমংদা চঙখ্রগা লম্বী লমউক্লখি।

রাজা—অদুদগী করম তৌরে ?

পরি— অদুদগী

মনঙ্গন্দা থবাক্তা    তেন্দোং শুররা লংঙ্গা
য়েৎলবা অদুগী মথক্তা    ৱাহোং মতু খিবিক্লা
মখোং য়োনা থেৎলিবা    লৌরুং তেন পাইরিবা
দস্যু তেঙ্গোন অমনা    তাবদা রাবা খোঙ্গাংনা
খাক লাওদুনা চঙলকই ॥ ১০ ॥

(মাল বকা অকিবগী অভিনয় তৌই)

বিদূ—হাই ! হাই ! কিগন্নু ! খোকখিবা খোদোক্তনু হায়রবতনি !

রাজা—অদুদগী ?

পারি—অদুদগীদি মীকুপ অমগী মনুঙদা বণিক কাংবুগী খুৎলাই পারবশিং অদু দস্যু কাংবুগী মখুত্তা মাংখিখি।

রাজা— ওস্থোকপনি ! অসিগী মতুংদদি অরাবা রা থরা অমুকসু তারকপা তারি।

পারি—অদুগী মতুঙদদি    ঐগী মপূমিংঙ্করবা ঈবুংদো
য়েক্কবনা ওৎলবা    থুদোংথিরবা মতমদা
মথরায় নিক্লা কিরবী    মাবিকা অসিগু
কনবিরমগে নীংদুনা    সুংলিরবা মথরায়
কখোক্রমদুনা মপূগী    শিংজরম্মি লম্মনবু ॥ ১ ॥

অহানবী—ওস্থোকপনিদা ! সুমতি মাঙখ্রবোইরে।

অনৌশুবী—অদুনবু রাজকুমারীগী কিবন অসি ওইরবনি।

(পরিব্রাজিকা কয়ি)

রাজা—ভগবতি ! তাইবং পানবগী জীবদি অসি চাক্তনি।

মবুক্তেভাগী চাখিব মপানগী লম্মলশিংলম্না মহাক্ত অতুগীদমক যাবিরুগনু। অতুগী মতুঙদা?

পরি—মতুঙ অতুদদি ঐ বাম্ভগ্রে, লৌশিং তানক্রবা মতমদদি নুপী মচা অসি উবা ফংখিদ্রে।

রাজা—ভগবতিদি ওম্নোক্না যাবিয়ক্লে।

পরি— অতুদগী ঈবুংগী হকচাং অদু সংস্কার ভোৌয়ম্লগা মোনা লুখ্রা ওইবগী অরাবগুম অবাবদু পুড়না মহারাজগী নৈবাক্তা চঙজ-রক্লগা ফিভাং শেৎচরিবসিনি।

রাজা—মসিনি সাধুশিংগী লমচত্তি। মতুংদা কয়ম ভোৌরে।

পরি—অতুগুম্বী নুপীমচা অসি বমবস্থ্যশিংগী মফমদগী বীরসেনগী মমাক্তগী ঈবেম্ম মহারাণীগী শেগাদা চঙজরক্লিবসিনি। ঈবেম্মগী সঙ্গায়দা নৈজয়ব মতুঙদা উজয়রিবসিনি। মসিমা অয়োইবনি।

মাল—(মথম্দ) মহারাজমা করি ভাকপিয়ক্দগে থঙজবা ঙমদে।

রাজা—অধীব মোংদমগী ব্যবহার অঙকপনি! ময়মদি—

মহারাণী হায়নবু হায়বদা মতীক চাববী
মালবিকা অসিবু থোৌদাম্নোই ওইনা থম্বসে,
অশেংব মুগাফিয়েনবু ঈভুম্নবগী পাঙথক্লি।

দেবী—ভগবতি! অচৌবা শাগৈদা পোকচবী মালবীকাগী ময়ী মথোঙ মুম্না ভাকপিয়ক্তবসিদি ওম্নোক্লা লানম্রে।

পরি—নত্তে নত্তে,। করিগুম্ব ময়ম অমগীদমক্লি।

দেবী—ময়ম করিগী?

পরি—মসিগী অপোকপম্না হিংলিভৈদা লাইগী উৎসব মেলা অমদা

লাকপা অকবা ফত্তবা পুম্নমক ফাওবা লম্বোইবা অমম। ঈমাণ্ডদা মসিগী মরমদা হায়রিবিধি "মহাক অসে চহি অমা চুপ্পা খোঁদারোই ওইরগা মতীক মপা। চাবা মপুরোইবা অমা ফংজ-গনি"। ঈবেম্মগী সেবা তৌজবদগী চপ চানা খোক্লবসি উরগা মতম ঙাইদুনা লৈজরকপসি য়াম্মদুম ফখ্রে খঞ্জবনি।

রাজা—মতম ঙাইবমবু হেন্না ফখ্রে।

কঞ্চুকী—বাকৈ অমনা রা নমখ্রে। অমাত্যনা হঙ্গৎচরক্রি বিদর্ভ দেশকী মরমদা তৌকম খোকপন্থুদি তৌজখ্রে। হৌজিক মহারাজগী ম্না রাথংবু ঙাইজরি।

রাজা—মৌদ্গল্য! ঈকায় থুম্নরিঙাই ওইবা যজ্ঞসেন অমসুং মাধব-সেনগীদমক তোপ্ন তোপ্না লৈবাক অমী শেম্বা পাম্মী।

সুমিৎ থা অনীনা অহিং নুংথিন্দা খোকপগুম।
মখোয় অনীসু বরদাগী থা বাংগী তোর্বান্দা
লৈবাক ঙাক্তুনা লৈরসনু॥ ১৩॥

কঞ্চুকী—মহারাজ! মন্ত্রীমণ্ডলদা খঙহঞ্জরুরো হায়রবা?

( নিংপৌনা থুংকী ইঙ্গিংনা রাখি )

( কঞ্চুকী চৎখ্রে )

অহানবী—(ভুমিন্না) রাজকুমারী! লাইবক ফবনা রাজকুমার লৈবাক তখায়গী মপূ ওইখ্রে।

মাল—থবাই মাংগদবদগী হল্লক্তুনা শিংথৌ ওইজরিবসি ওম্ন্থোক্লা ফরবনি। ( কঞ্চুকী চঙলকপা )

কঞ্চুকী—মহারাজগী জয়! মহারাজগী বাথম অসি রাম্না ফজখ্রে হায়না মন্ত্রী মণ্ডল না থাগৎচরি। তাবিয়ু মহারাজ!

রথমচিংবা শগোল অমীবা   কৱিগূ ঈশ্বরবা তৌরবা
সারথিগী মথা পোন্দুনা   রথগী শরুক অমীবু
চিংডুনা চংপা অদুগুম   মহৈ মহৈ অমবু
অমনা লাকশিনগে মিংঙনা   মহারাজগী মথাদা
লৈডুনা লৈবাক অমীবু   ডাকচরনবু অমী 'দো ॥ ১৪ ॥

রাজা—অদুদি মন্ত্রীশিংদা হায়য়ু—অশুম তৌগদবনি হায়না সেনাপতি বীরসেনদা পত্র অমা ইয়ু।

কঞ্চুকী—য়াম্না ফগানি মহারাজ! (চৎলুরগা থুদোম পোংকা লোয়নবা পত্র পুডুনা অমুক চঙলকই) মহারাজগী স্না য়াথং চপচানা ডাক্রে। সেনাপতি পুষ্পমিত্রগী মকমদগী মমথাংগী মশক ওইবা থুদোম অসিগা লোয়নবা পত্র অমা য়৷রক্লে। স্না নাকোংনা তাবিগনি।

(মহারাজনা ঈকায় খুম্নবা থুদোম পোংকা লোয়নবা পত্র অদু লৌরগা মমাইদা পিখি)

(মমাইনা পত্র হাংদোকই)

দেবী—(মথন্দ) ওস্থোকহৎনা! ঐগী থম্মোয় অসিনা বসুমিত্রদবু খন্দুনা লৈরি। হৌজিক গুরুজনশিংগী ঈ-পাও তাৎবডুংদা বসুমিত্রগী পাও তারগনি। সেনাপতিনা বসুমিত্র কৌনা অঙাং অদুবু য়াম্না লুরবা থবক্তা থিজিনখ্রে।

রাজা—(কমডুনা হৌমবী-লমচৎ ঙাক্না পত্র পাবা হৌরকই) স্বস্তি! সেনাপতি পুষ্পমিত্রনা যজ্ঞগী মকমদগী বিদিশা নগরীদা লৈবা পুন্সিবা মচানিপা অগ্নিমিত্রবু প্রেমালিঙ্গন তৌনা থজহনবিরক্লি—ঐনা অশ্বমেধ যজ্ঞগী ব্রত নিয়ম অদু ঙাক্নুনা মিংথৌমচ চামনা

ঙাক্লবা বসুমিত্রবু শগোল ঙাকপা মীগী মশক ওইনা হাপ্লগা চহি অমগীদমক পুল্লস্বা শগোলবু থাদোকখি। শগোল অদু সিন্ধু তুরেলগী খা থংবা তোর্বান্দা চৎলিঙৈ মতমদা শগোল তোংবা লাম্মীগী মতেঙনা ম্লেচ্ছ অমনা, ফাখ্রে। অদুদগী তেঙ্গোল অনীমক অঙকপা ওইনা লাম্লেংনখি।

( দেবী অরাবগী অভিনয় তৌই )

রাজা—অদুম্ন ওইখ্রিববু করিগীনোনে? ( অমুকস্থ পাই )

লীরুং তেন্দা হৈরবা বসুমিত্রনা য়েরুববু
মায়থিহল্লগা নমতুনা মুনশুবা শগোলবু হলহনখি ॥১৫॥

দেবী—রাহৈ অসিদদা পুক্কৌং অসি লুম্মিদনা।

রাজা—( পত্রগী চিথবা মরোল পাই )

মমাঙৈদ সগর নিংথৌনা মশুনিপা অংশুমাননা মুন্দুনা লৌরকপ শগোলনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌখিবা অদুগুম্না ঐস্থ ঈশুমিপানা মুল্লকপা শগোলনা যজ্ঞ তৌরগনি। মরম অদুনা পত্র হেক ফংবগা শাউবা তৌদনা ঈমৌশিংগা লোয়নমা যজ্ঞ দর্শন লাকদবনি।

রাজা—থৌজানবিরে।

পরি—লাইবক ফবনি, নুঙঙাইজরে। রাজকুমারনা জয় ওইবসিনা মহারাজ অমস্তুং মহারাণী অনীমকস্থ নুঙঙাইবিররিগনি।

নবুঙেভাগী মপান্না বীরপত্নী থিবিক্কী
নুচিংবিস্থ ওইবিরে, অসিগী মথক্তা অমুকস্থ
নজা ঈবুঙেভাগী মপান্না "অকনব পোকপী" মিংফম্বু
ফংবিদো ঈবেম্মা! ॥১৬॥

দেবী—ভগবতি ! ঈচানা মপাগী মগুণ ফংলকপসির। ওস্থোক্লা মুংতাইজয়ে ।

রাজা—মৌদ্‌গল্য ! শাম্‌ লাবগী মতৌ তৌয়রে ।

কঞ্চু—রাজন ! মজা ঈবুভোসে—

সমুদ্রবু ফংহনবা ওস্বা বাড়বানলবু পোকখিবা
ঔর্ব ঋষিগুম্নবা ঈবুঙ্ভোনা মহাকপু পোকপনি ।
অটুঙুম্বা কুমায়বা অমুক কনব খোবরি
ওকচদে পুক্লীংবা ঐথোয়গী ॥১৭॥

রাজা—মৌদ্‌গল্য ! যজ্ঞসেনগী মবাইনচিংবা কারাগারদা থম্লিবা বন্দী পুম্নমক থাদোকখ্রো ।

কঞ্চু—য়াম্না ফগনি মহারাজ ! ( চৎখি )

দেবী—জয়সেনা ! চৎলু, ইরাবতীমচিংবী ঈবেম্মশিং পুম্নমক্তা ঈচাগী লানভম পাউ তম্লু ।

( প্রতীহারী চৎসি )

দেবী—( তুমিন্না ) মপান শাজ্রবা অশোকগী মপান শাৎমনবা তৌগদবা উপায় তৌরো হায়না হায়দোকপা মতমদা ঐনা ঈচৌয়া য়াথোকখ্রবা যা অমসুং মালবিকা হায়বীসি উচ্চবংশদা পোকপীনি হায়বসি খঙহন্নগা ঐগী যা ওইনা ইরাবতীদা নোল্লক্লা মঙনা হায়রু মঙবা ঐবু চিন্থীবদদি তাহনগনু ।

প্রতী—ঈবেম্মনা তাকপীবা মতুং ইন্না । (চৎলুরগা অমুক চঙলকপা) দেবি ! মজা ঈবুঙ্ভোগী লানভম-পাউ তাবদা ঈবেম্মশিং পুম্নমক

মরাংকায়না লৈতেং কয়া মনা ওইনা পীনরক্কুনা ঐদি কিজেং লৈতেং হায়া উপুহ্ মঙাইহে।

দেবী—অঙকপগী রাকম কখিদ্রু নত্তে। অসিগুম্ব সুঙঙাইবসিদি পূন্নমকীনি।

প্রতী—(তুমিন') দেবী। ঈবেম্মা ইরাবতীনা হঙ্গৎচরক্লি—তাকপীরকপা রাকম পূন্নমক লৈবাক্কী মবেম্মা ওইরিবী মহারাণীনা তৌবি-গদবমক্লি। মীংবিরিবহ্ শোয়হনবা কত্তে।

দেবী—ভগবতি! আর্য্যসুমতিনা অহানবদা হায়দগী লেপচখ্রবা, ম'লবিকাবু আর্য্যপুত্রগী মকমদা কথোকপা হায়বসি ভগবতীনা য়াবিরবদি পাঙথোকচয়গে নীংলে।

পরি—ঈবেম্মনা অসুম তৌবিগে হায়বহ্ মঙাইনে।

দেবী—( মালবিকাগী মখুৎ পায়রগা ) আর্য্যপুত্র!

সুঙঙাইবা পাউ অসিগী মতীক চায়বা মনা অসি লৌবিয়ু। নিংথৌ ঈকায়বগী অভিনয় তৌই )

দেবী—( মোমোন মোক্কুনা ) আর্য্যপুত্র! লৎনবিরিবয়া করিনো?

বিদূ—ঈবেম্মা! মসে মীগী হৌনবনে। অনৌবদি ঈকায়বা হৌনবনি।

রাজা—( বিদূষকতা য়েংই।

বিদূ—"মহারাণী" হায়বা বাহৈনা মহারাণীমক্লা মালবিকাদা সম্মান পীরগা মহারাজনা মালবিকাবু লৌনিংবনি।

দেবী—রাজকন্যা অসিগী অচৌবা বংশ অসিমক্লা মসিদা "দেবী" হায়বা মীংথোন্দি পীখ্রে, অমুক করি বা লৈরিবগে?

পরি—মত্তে, মত্তে।

রত্তনথিবিক্তগী অখোইবা  মণি'তু খনিদগী থোক্লবনু,
হেন্ন ফজনবগীদমক  সনাগা মতীন্নবনি ॥১৮॥

দেবী—( মীংশিংলুরগা ) ভগবতি ! ঙাকপীয় ! মুঙ্ঙাইবা পাউ অদুনা অহানবদা মায়থুন্নবা ফিবু কাউথোক্লুরে। জয়সেনা চৎলু, তক্ক তরুগুববা ফিগে পুরকউ।

প্রতী—য়াম্না ফগনি ঈবেম্মা। ( চৎখি, পুদুনা চঙকই )

দেবী—(মালবিকাবু মায়থুঙ্গিরগ) আর্য্যপুত্র! মসিবু লৌশিনবিরো।

রাজা—দেবী ! ঐ নয়াথংগী মখা পোল্লে। (লৎনরগা) ওম্মোকপনি ! লৌবদা মতাথুবা ! লৌরে।

বিদূ—অঙকপনি ! দেবী ধারিণী। কয়াদগী পুকচেল চাওবীনো।

দেবী—(মচা মনাইরোমদা য়েংলকই )

মচ'-মনাইশিং। মালবিকারোমদা চঙথুগা ) রাণীগী জয় রাণীগী জয়

দেবীনা পরিব্রাজিকাদা য়েংখি )

পরি—দেবী ! মঙোন্দদি মসি করিস্নু অঙকপা থবক নত্তে।

মপুরোইবনিংবী সতীনা  লোম্নবীশিংগা লোয়নবা
সেবা তৌই মবুঙ্ঙাবু  সমুদ্র তাবী তুরেন্না
অতোপ্পা তুরেনগী ঈশিংগা  লোয়ননা সমুদ্রদা মতাখি ।১৯।

( নিপুণিকা চঙলকপা )

নিপু—মহারাজগী জয়। ইরাবতীনা হঙৎচরক্লি—ঐনা মতম অদু হৌনলমচৎ কারনা মহারাজদা লাঙখি। অদুগীদমক মহারাণীগী পুক্লীং থুংনবা থবকতা ঈতেং পাংজখিদুনা মহারাজগী স্না পুক্লীং পেন্নবা হোৎনজখ্রবনি। হৌজিক্কি মীংবা মপুং ফানা থুংবিরবা মহারাজনা মনাইবু মহৌশাগুম্না মীঙবিগনি।

দেবী – নিপুণিকা ! আর্ঘ্যপুত্রনা শোয়দনা মঙনা তৌজখিবা পূম্নমক কাওথিরোই ।

নিপু—খোঙানবিরে । ( থোকখি )

পরি— মহারাজ ! মতীক চাবা সম্বন্ধগী নাংব থুংজনবা মাধবসেনগী মপূক্লীং পেলহংনবা চৎচগে ।

দেবী—ঐখোয় পূম্নমকপু ভগবতীনা হুন্দোকপীরম্মদি চুমগে ।

রাজা—ভগবতী ! মাধবসেনগী পেন্ননবা পত্র ঐনা ইজগনি, মহু ভগবতীগী ওইরিয় ।

পরি – ঈবুঙেঙা ঈবেম্ম অনীগী প্রেমগী মখা পোন্দুনা লৈজরিবনি ।

দেবী । আর্য্যপুত্র ! পেন্ননবা করি অমুক তৌজখিগদবা লৈরিবগে তাকপীয় ।

রাজা—অসিদগী হেন্নবা লৈত্রে মহারাণী !

দেবী ! অদুনা ঐহাকপু মতম পূম্নমক্তা কাউগনু,
নঙগী সুকপ্রাইমবগী অগ্নিমিত্র ঐহাক্না
লৈবাক হায়েম্লিঙৌদা প্রজাগী পূক্লীংদা পেন্দবা
থোক্তসনু অদুদ হায়না ঐনা নিজরি ॥২০॥

( পূম্নমক থোকখি )

# মঙাশুবা অঙ্ক লোইরে ।

মহাকবি কালিদাসনা লেংব "মালবিকাগ্নিমিত্র" নাটককী মৈতৈলোনগী অমুবাদ লোইরে ।